# ৱারেং খরা



ময়ুমণি

দেবলা বুক স্টোর
পাওনা বাজার, মসজিদ রোড ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনৌদং

লাইরিক অসিদা ইশানা ইবা ৱারী অহুম অমম্বুং বাংলাদগী ছন্দোকপা রচনা অমদি ৱারীমচা মঙা য়াওরি। অকোনবগী ৱারী-মচা অসি শরৎচন্দ্র চট্টোপধ্যায়গীনি। মসি ঐনা ছন্দোকপদা চৎথহৌদুনা নাইতোম তাদুনা লৈহৌরবানি। ফায়রিবা ৱারীমচা অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী তৌখিবা চেফোং 'সাহিত্য'দা হাপখ্রবনি।

লাইরিক অসি শিজু ওইনা তৌবা অসিদা লাইরিক ওইনা পুথোক্লকুসিরা হায়না খল্লুরবনি। মরম অদুনা 'ভালমন্দ' সাহিত্য চেকোংদা হ পখিবনি। অদুবু থা নিপাল্লোম নঙ্গা লেপথোক্লুনা কৈ করবা লাইরিক অসি লোতশিন্নবা ঐগী মরূপ অনীনা কন্না ওকশিল্লকখি। মরম অদুনা লাইরিক অসি পাঠক-পাঠিকাশিংগী নুংশি-মিৎয়েং মাংফা লাম্থোকচবা কংলিবানি।

লাইরিক অসি নম্না লাউশিন্নবা পুক্লিং থাগৎপিখিব শ্রীব্রজমণি মাইস্নাম্বা অমদি শ্রীকং মুদ্দিন পুন্ত্রিময়ুমগী মফমদা তৌবিমল থগৎবা উচ্চরি।

—রঘুমণি

# য়াওফম তাকপা

# অচাওবা মকাবা

ঙুমিৎ য়ুংবা মতম্নি। মপালদা ঙুংশা য়াম্না য়াকই।

কক শেগায়বা অমদা ফি থারগা হেরাচন্দ্রনা লোংপেন অমা ইন্দ্রি তকপা কন্না হোৎনয়ি।

চাক লাম্বনস্থু মপুক থবৎ তৎলবনি, স্বর চনিং-চমাং শম্নত্রবনি, অদুবু অয়ুক্তদি মতম শংখিদে।

ঙুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদা মঙাক্না ঙুপাম্চা অমা লাইরিক তাকপিরুনবা ময়ুমদা চৎলি। ছাত্র অদু য়াম্না ভাওশিন্নে, লাইরিকস্থু কত্তে, অদুনা হেরাচন্দ্রনা মাবু লাকহুনা লাইরিক তাকপিবদা য়াম্না রানা থোকই। করিগুম্বা মহাক্না অঙাং অদুগী মপাদগী থাগী কংলিবা ফি অদুগী খল্লম্রত্রবদি নহাক্না তোক্লম্লগদবনি। থাগী শেল থোইনা য়ামদবা নত্তে, লুপা চনীনি।

মকম অদুদগী রানা ময়ুমদা হল্লক্লগস্থু থবক্না মাবু ঙাইহনা লৈরম্ব-স্থমী। হল্লকপগা মহাক্না মনাওনুপা অনীবু লাইরিক তাকপিবা তাবনি।

মতাং অসিদা ইমুং অসিগী মরমদা শম্লপা থয়দং পঙ্গহোগে। হেরাচন্দ্রগী মমাদি লৈরি, মপাদি শিখিবা চহী অহুম হেন্নে। মাগী মনাওনুপা অনীগা মচলনুপী অমগা লৈ। লাইরবনা মরম ওইহনা মচলনুপী অতোম্বী অদু লাইরিক তম্বা তোকপা চহী কারক্লে। অদুবু মনাওনুপা অনী অদুদি লাইরিক তম্মি।

য়ুম অসি হেরাচন্দ্রনা পুত্রা?

মুপামচা অমথক্তা লাইরিক তাকপিরুবদগী কংলকপা শেল অহুনা মী মঙা চাবা ইমুং অমা পুবা ওইখোক্তে।

অহুদি কদায়দগী কবি চাহুনা মখোয় হিংলিবনো ?

হেমাচন্দ্রগী মমা কনেক মপাল নাইবা লোনবদা মমিং চৎলিবনি। অহুগা মচানুপী অহুসু মমানা তাকপি-তম্বিহুনা অকবা কনেক লোনবা ওয়ে। মখোয়গী ইথোল অহু অচৌবমক নত্রবসু অপিবপদি নত্তে। মহুদা ইঙ্গাং-নাপী থাননবা মমানা হেরাচন্দ্রদা মতৌশা কয়া হায়খি। আশা চাউবা হেরাচন্দ্রনা ইথোল শুববু হম্ববা থবক ওইনা লৌই, মহাক্তি ওক্বিসকী থবক তৌগদৌরিবনি হায়হুনা মুক্তুনা লৈরক্লিবনি। অহুনা হায়রুবগী কান্নবা ক'লোই হায়বা উহুনা মমানা মঙোন্দা ইথোল শুবগী রা মতুংদা অমুক হল্লা পনখিদ্রে। মতম অহুদগী হৌনা মমাগী য়াথং মতুং ইন্না মনাওনুপা অনী অহুনা নোংমগী মতম ঙাইহাক ঙাইহাক কাইখোক্তুনা কুম্বিংকালেন খায়দনা ইথোল শুহুনা ইঙ্গাং-নাপী থাবা হৌরকখি। মখোয়না শিজিন্নবদগী অহেনবা ইঙ্গাং-নাপী অহু মমানা কৈরোয়-লৈকায়দা য়োল্মুনা লৈত-লাইরদা মতেং ওইনৈ।

কলম পায়বা থবক তৌনিংবগী আশাদা হেরাচন্দ্রনা নোংজু-মুংশা থিদনা নুমিৎ খুদিংগী ওক্বিসকী থবক থিবা চৎলি।

শেংনা হায়ররবদা মহাক থবক কংমন্ত্রবহুদা তাইবং মী ওইনা অমুক হিংনিংত্রবনি !

হিংনিংবগী অপাম্বা থাদোকপ্রবসু মহাক্না ফি ইস্ত্রি তকপদদি কজনা তরুবা হোৎনরকই। ইস্ত্রি খরগা শাহন্নগা তক্লবদি নানবা হেনগদবনি, অহুবু মতমসু লৈত্রে, হৈনিংবসু পোক্লে।

চাকশঙদা মৈতাল অচাকপা হান্না চংলুরবদি মমা বিজয়ানা খিনা ঙাংলক-শক্লক্লমি। মমাগী শাউগনবা শককমহু নিংশিংলুরবদি হেরাচন্দ্র হেক্তা খোইদৌ শাউগৎলকই।

মরম অহুনা মহুগী অরাৎপহু মহান্না মথুংকী পাজলনা মেনশিন্নবা হোৎনরকই।

অচুগুম্বা ভাগ্না অচুমক্তদা বিজয়া লাকুনা মনাক্তা লেপ্লরে।

হেরাচন্দ্রগী মপুক মথক-মথা ওল্লক্লে, ওম্ভোকপনি, মিন্‌টি অনীদংগী মতুংদা লাক্লবদি কগদবনি। মহাক্তা ভৌরিবা থবক অদি মমানা তাথিবা মিৎয়েংনা য়েংলগনি হায়বা মশানা খঙজে।

মহাক্তা খঞ্জরিবসি অয়ানবা নত্তে।

বিজয়ানা মনাক্তা চংলকপগা মৈ হৌদুনা হায়রকই,—হৌজিক কাওবা কমদেংদুনা খোরেম তোদুনা লৈরব্রা ? চাক চাবা কাওবা শংলরিরোই, নত্ত্রা ? হায়বিগে— নঙগী নশাসিদা ঈকাইবা হায়বা অচু মরিক অমতা পক্তব্রা ? ইমুংদদি চফুদা মিরাং থুরে, লাইরিক তম্বা চৎলিবা ননাও অনীদি মচি-মচিদা কোত্তবা খোংগ্রাও অমতা শেচ্চবা কংদে, অচুগা নঙনা ইস্ত্রি তকপা খোংগ্রাও শেৎতুনা বাবু শারিব্রা ? সড়ক খোকপদা লৈকায়গী মীনা নঙোন্দা উফুল চাইশিন-বিরক্লিবসি করিগীনো, মচুনি ঐনা খল্লিবদি !

তোকম খঙব্রবা হেরাচন্দ্রনা মমাগী মৈগী মূর্ত্তিচুদা হয়া য়েংলুবা ওমজদে, হাথু হাথু মখুৎতগী থবক অচু লোইশিন্নবা হোৎনরকই।

অচুম্বনি, মসি মাগী কাহেন্না অশোনবা অমনি। মমানা কনা শাউরবস্থু লাইরবা অভোন-অতা শাদুনা মপাল খোকপা মহাক ওমজদে। মচু নৎলমব্রবদি মহাক ওকিসকী থবক মতৌ অম্মুন্না থিবা কোইচৎ চৎলম্মোইদবনি। অচুনা মঙোন্দদি তনান তনানবা কিজোল দরকার ওই। মাগী মরুপ-মপাং কয়ানা অমোৎপা শেগায়বা অতাইবা কিজোল শেৎ-ইন্মুনা ওকিস কাবা উবদা মহাক্তা মখোয়গীদমক য়াম্না নুংঙাইবিদে।

করিগীনো ? কনা লাইরবস্থু ওইসন্থু।

লাইরবনি হায়চুনা হকচাংদা মার্কা থাদুনা লম্বী চৎকব্রা ? শেৎলি-লিৎলিবচু মমল য়াম্বা কি-রোল নত্তে, সেকেণ্ড হেণ্ড বাজারগীনি। ফুরিৎ অমগা খোংগ্রাও অমগনা চহী অনী হেন্না শিজিন্নরিবনি।

মহাক্কন্থ থবক উন্নোম নোমদবমক্তি-নত্তে, খন্নঅশৈদি নোম্নিবনি। খন্নমশৈদা তশেংনা নত্তে, মায়া হেন্না নোম্নিবনি।

মুম্নিং চুপ্পা থবক শিবা কোইন্থং চংলুবদা হকচাং 'পূম্বা পুমক্তেক্ক তেক্কবম্থ অহিংদা মুম্নিং-খোংগ্রাও সাপোন নোইদুনা শুরগা কৌদুনা কংহম্নবা রানা হোৎনরিবনি। অদুগা চাক থোংবগী মৈতাক্ক হাপতুনা ইস্ত্রি তকপনি। মসিদা অচৌবা রাথোক ওইনিংশাই করি লৈ ?

মসিখক্কদা মহাক বাবুশাবা ওইরবা!

মসিগীদমক মমা বিক্রমানা মচিন পৈবগী অরোইবা অমুক্ক লৈখিক্কবা!

মচলগা মনাওশিংগবু থৌওইবিদনা মহাক্কা লোইক্কবা শেং-চাবগুম্বী।

মচাম্নপা অহল্লগী মথক্কা বিক্রমানা অম্বুক হাক্কা অয়েং-চংশিবা করিগীনো ?

হেরাচন্দ্রনা মঙ্গি-মরোল খরমথৈ নাম্না চংথোকপদা অম্বুক হাক্কা ইরাং থোক্কিবা করিগীনো ? মচিল-মন্নাওশিংগী অসিগুম্বা মওং চাদবা দশা অসিদগী কনবিনবগী অপাম্বা মশোন্দা শুপ্লে লৈতব্রা ? ইমুংগী ক্ষিভম কগৎনবা মহাক্কা হোৎননিংদব্রা ?

অদুবু, করি তৌগদগে ?

শেল কদায়দগী লোক্কগদগে ?

ভাইবংপানলিদা শেলদগী হেক্কবা অতৈ করিস্থ লৈজে।

যুমদা লপ্নীদা কৈথেল্দা অয়ুক-মুংদাংদা হেরাচন্দ্রনা শেল কদায়দগী লোক্কগদগে হায়বা খল্লিবনি।

শেল পাম্মী!

শেল মাম্না পাম্মী!

মমাগী প্রত্তরং-মুরংবা কোকহম্নবা, অদুগা মায়কৈ খুদিংমক রাইকনবা শেল মাম্না পাম্মী।

শেল লৈত্রবদি মহাক্কী অনিংবা অমত্তা পাংথোকপা য়ারোই।

মপা লৈরিঙৈ মতমদাদি লাইররবস্সু ফিভম অসিমক্তি ওইরমদে! মরুওইনা হেরাচন্দ্রগী মকমদদি।

মহাক ঈনাক-খুনবা মীশক ওইত্রবস্সু লৈবাক-মচা তাবা মীশক্তি ওইনিংই। অদুবু মপা শিগ্রবা মতু দা তাইবংপান 'অপূম্বনা মায়কৈ মরীদগী খিগৎলকপগুম্মী। শেল লৈতবদগী মখোয় নোংমা নোংমগী অতোনবা মী ওইরক্লি।

অদুম ওইনমক মপাগী মতৌগুম শেল তানবা গুম্বগী মতিক-মগুণ হেরাচন্দ্রগী কদায় ?

লাইরিক কয়া য়াম্না তৈরবগে ?

মহাক ডাক্তর ওইনিংবগী পামজবা লৈরম্বনি, ইঞ্জিনিয়ার ওইনিংবগী অপাম্বা লৈরম্বনি। অক-অক্তবা হীরম কয়া মহাক্না পামজরম্বনি।

অদুবু, করিস্সু ওইদ্রে।

অদুগা, ওইস্সু ওইরোই করিমত্তা। মশানা মশাগী মথক্তা খাঞ্জনিংঙাই আশা হেরাচন্দ্রগী লৈত্রে।

অদুম ওইনমক শেলদি য়াম্না দরকার ওই।

করে, ইস্ফাল অসিমক্তদা লুপা কোটি কোটি লৈ। ভাবনা শাহুনা য়েংলুবা তারবদি মপাল নাইত্রবা ঈপাক্তা তাউরুবা তাবনি। লম্বীদগী য়েংথোকখিবদা মহাক্না মায়কৈ মরীদা শেলগী মতিক-মগুণ ঙাক্তা উরকই। ইস্ফালগী ঈশিং, কংফাল, অতিয়া, নুংশিৎ পূমথন থল্লি শেল-মনিল কায়কপনা, শুপ্নগী হেরাচন্দ্রগী ফুরিৎখাওদতনি য়াওদবা। মনিল কাওবা লৈতে।

মনিল ময়াম অহু তপ্না তপ্না কমজিল্লক্লি— মহু লায়বক কবা মচা-মগুশিংগী ফুরিৎখাওদা থম্না য়াওরি। অদুগা মখোয়না মথুৎ অনী চংদুনা চায়থোক্তুনা শেলগী নোং চুহল্লি— ইস্ফালগী লম্বী-সড়ক্তা, লৈরক-খুল্লক্তা। অদুনা মায়কৈ মরীদা অস্তুক হাক্না শেল পায়বা হেনগৎলক্লিবনি, অস্তুক হাক্না লাইরবা হেজিল্লক্লিবনি।

করে, কনাগুম্বনা নোংমা করিগুম্ব লৈরিবা শেল পুম্নমক নাকল অমদা খোমজিন্দুনা থম্নবা, অদুগা মী পুম্নমক অতোপ্পা নাকল অমদা হোইজিন্দুনা থম্নবদি কমদোইণ তায়বদি মীগা শেলগা তোঙান তোঙান থম্বা! অদুগী মতুংদা হিসাব চুম্বা শেল ময়ামদু মীপুম খুদিংমক্তা চপ চপ মান্ননা য়েন্থোকপিবদি কমদোই!

করি কান্নগদগে মদুনা ?

হেরাচন্দ্রগী শক্তক কয়া য়াম্না থুংগদগে ?

শেল অদুনা অমুক্তদা কিয়াম অমা লৈরগা মমাদা পীক্তবা য়াগদ্রা ? লৈত-সাইরগী অরা-মৈশা লাংলবী মমানা মতম খুদিংমক্তা কনেক অকোৎপা অমনা ঈকাই-খুম্নবা ঙাকচরিবনি।

শেল অদুনা মচিল-মনাওশিংগী অরাবা দশা কোকহনবা য়ারোইদ্রা ? শেলদুনা লৈবা য়ারোইদ্রা— কি-রোল, খোঙউপ-খোঙগ্রাঙ, চানব-থক্তবা, হিদাক-লাংথক ?

খনবু খল্লুরবদি অরাৎ-অপা ময়াম্না মাগী মায়কৈ মরীদা কোইশিল-লকই। মখোয়গী য়াত্তবা হায়বা অমমুক লৈতে। মমানা নুমিৎ চুপ্পগী কামদুনদা লৈরিবা অসি শেলগী চৈথেংননি। মচিল-মনাওশিং হায়ব-চৎপা ইল্লক্লিবা অসিসু শেলগী চৈনা কংবননি। চহী কুনমরীগী পাথং হেরাচন্দ্রনা ঙাওচৎনরিবসিসু শেল খোক্তবননি।

অদুম ঙইনমক মতম্নদি কনাবুসু ঙাইদুনা চপ লেপতুনা লৈবা নত্তে।

পোমক্লি মথক্তা হিপতুনা হেয়াচন্দ্রনা লুপা লাক্ষ লাক্ষকী মঙ মঙলকই। মঙ মঙলকই লোটরিগী টিকেটকী, মঙ মঙলকই ইখঙ খঙহৌদনা মশক খঙদবা মরি-মতাগী মকমদগী সম্পত্তি ময়াম অমা কংবগী— অদুগা মঙ কায়রবা অয়ুক-নুংথিলগী য়াক্লবা নুংশাদা কোইচৎ চৎতুনা অকংবা থবক অমা থিবা হোৎনৈ।

নোংমা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা হেয়াচন্দ্রনা রাখলদা লুপতুনা লম্বীগী মতায়দা মখোঙনা চৎলম্মী। মতম অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা রিক্সা খালি

অমা মাগী মনাক য়াম্না নক্না থৌজিল্লক্লগা নাকোং ময়াদা খংপ্রেক খংনা হোয়োন খোংজকপদা মহাক পাখৎপনা লরায়গী শম চপ চপ য়ুংলকই।

খংখাম থাম্লগা রিক্সারালা অদু কুমথরক্লে। হায়রকই,—হেরাচন্দ্র, নঙ ঐবু খঙবা ঙমরা ?

রিক্সারালা অদু মমায় কিনা য়েংশিন্দুনা মমিংহৌমক কাৎপনা হেরাচন্দ্রনা মশক খঙবা ঙমদ্রে। অদুম ওইনমক খোঙ্গেল অদু য়াম্না তোইনা তাগ্রবগুম নিংলকই।

—ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে।

—ঐগী খোঙেল নহাক খঙদ্রব্রা ?

—খঙবগুমদি তৌই, অদুবু নিংশিংবদি থোক্লে।

—ঐ মোহন্নি। অসি হায়রগা রিক্সারালা অদুনা মমায়দা থুম্লিবা কি অদু লৌথোকপ্রে।

হেরাচন্দ্রনা ঙকুনা হায়রকই,— মোহন, নহাক রিক্সা থৌরিবা করিগীনো ?

নুংশামপী হোন্দোক্লগা মোহন্না হায়রকই,— মদু তম্বা তারবদি কনা কুইনা চংগনি। আদগী খোংনাং অসিগী উরুমদা কমদুনা য়ারী শারুসি, রিক্সাদা কাখৎলক্লো।

মখোয় অনী লাক্কুনা খোংনাং অদুগী উরুমদা কম্লরে। মোহন্না হায়রকই,—ভাই নহাক্না কলেজ থাদোকপ্রবা মতুং থা অমরোম লৈরগা ঐখোয়গী বাবা বস এক্সিডেন্টতা য়াওদুনা শিখি। বাবা লৈত্রবা তুংদা ইমুংগী খরচ পুবিনবা কনাস্ু লৈখিদে। ঐখোয় ইচিল-ইনাও মঙানি। ইচলমুপী অনীগী মথাদা ইনাওনুপা অনী লৈ। ইনাওনুপা অনীদু অঙাং ওইরি। অদুনা ঐনা ইমুং পুবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈখিদে। লায়রবনিনা ঐনা কারবার তৌরুবা ওইথোক্তে। খনবমথৈ থল্লবা তুংদা ঐ রিক্সা থৌবা হৌখিবনি। অদুম ওইনমক ঐ টি. ডি. সি.-দি করিগুম্বা মঙং অমদা লোইশিনখি। অদুবু মথা তমথনিংবগী আশাদি থাদোকপা তাখি। লাইরিক তম্লিঙৌদদি ঐ নুংদাংদদা থৌরম্বনি, পরীক্ষা থাগ্রবা

মতুংদগীদি অযুক-মুংথিলদস্থু থোরিবসিনি। শিনকম অসিগী মতেংনা ইমুংগী চাবা পুবঁদা নত্তনা থা মঙারোমগী মমাংদা ইচলমুপী অহঁল অহু লুহোংবিখি।

—ভাই নহাকপু ওফিসকী থবকুম্বকা তৌনবা হোৎনদব্রা ? হেঁরা-চন্দ্রনা হংলকই।

—হোৎনৈ ভাই, অহুবু লাইরবা ঐখোয়না গোভর্ণমেণ্টকী থবক চংবা ফংগব্রা ? হৌজিক হৌজিক চানবা তাল্লিবা ঐখোয়না থবকীদমক অচৌবা শেল্লাও পুথোকপা কদায়দগী ওমগদগে ? অহুম ওইনমক থবকী ইণ্টর্ভিউদি য়াম্না তোইনা য়াওই। করে, নহাকপু কমদৌরিবগে ? থবক পায়রব্র ?

—থবক থিরি, ফংদ্রি।

—থবক ফংদ্রিবৈঙদা করিনো অমদি তৌবা কৈ। নহাকপু রিক্সা থোরসিদনা ? থবক ফংবগা কোক হেক তোকখোক্লগা লোইরে।

হেরাচন্দ্রনা শুগৎতুনা হায়রকই,— অহুগুম্বা অচোপ্পা থবক ঐ তৌরোই। মসিগুম্বা থবক তৌগদবগী শক্তকপুদি চরা হেন্দুনা শিখিবনা হেন্না কৈ।

—করে, নহাক্লা য়াব্রবদি উপায় লৈরে। ঙাইহাক তুমিন্না লৈরগা মোহন্না অমুক হয়েম্বকই,— অহুবু রা অমদি হায়েনিংই হেরা, হয়রান-চিন্থিবা নত্তবা থবক থুদিংমক্কু অৱাংবা থাক্কী ঙাক্কুনি। লৈত-লাইব্রগী চৈথেং কনা ফংলবস্থু নহাক্কী থম্মোয়দা চাউথোকপা নাপল কোল্লু। অহুনা ঐনা হায়বা অসি নহাক্লো তানিংলোই। অহুবু করিগুম্না মতমদা নাপল কোকখিহুনা ঐনা ঙসি হায়রিবসি য়ানিংলকপা থোক্লবদি ঐখোয়গী য়ুমদা লাকউ, ঐনা নঙগীদমক রিক্সা অমা থোরাং তৌবিগনি।

সোমদা বিজয়ানা মুমিৎ খুদিংগী মচানুপাগী থবক অমতং ফংহন-বিননবা ঈশ্বরগী মফমদা হন্না হন্না হায়জরি।

অহুক কন্না নিজরিবদবু ঈশ্বরনা মায় ওনশিনবিরক্তবা ওমগব্রা ?

মোংমা হুংখিলদা হেরাচন্দ্রনা মনুঙদা হৌখিবা ঙাকপা অমগা মমাংদা ইখঙ খঙহৌদনা হায়রকই,—ইমোচৌবা, মহাক শুরা হুরা হল্লকপা করেদা। বা অমা তম্বিংহুনা ইমানা নঙবু ঙাক্তরম্বিবনি। ঈশ্বরনা ঐখোয়দা মায় ওনশিনবিরক্লমাল্লে।

অসি হায়রগা বিজয়ানা মচানুপাগী মায়থোংদা য়েংলক্কই।

মমাগী হয়াঙ-মীনোক উবদা হেরাচন্দ্রনা মপুক্কিং হয়াঙহুনা হংলকই,— ইমানা অসুক হয়াঙবরম্বিবসি কবিগীনো?

বিজয়ানা ফিমুংদগী চিঠি অমা লৌথোরক্লগা হায়রকই,—অচুম্বনি ইমোচৌবা, ঈশ্বরনা ঐখোয়বু চানবিবা মিৎয়েংনা য়েংলক্লবনি।

মমাগী য়াম্না হয়াঙজবা মত্তৌদু উবদা হেরাচন্দ্রনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই,— কনাগী চিঠিনো?

—নঙগী নদোমচা প্রমোগীনি। মশক খঙইদনা, ঐখোয়গী পাবুং-য়াইমগী মচানুপীদু? নঙনা অঙাং ওইরিঙৈদা উখিবনি, লিংশিলামদরম্বা য়াই। মখোয় চহী তরামঙা হেন্না পাঙ্গাবতা লৈরুই। য়ায়া ঈনাকখুল্লি।

—ওঃ, ইখঙ খঙহৌদনা মখোয়না চিঠি থারক্লিবদি কবিগীনো? অদুগা, মহুনা ঈশ্বরনা মায় ওনশিল্লকপা হায়বগা করি মরি লৈনবগে?

বিজয়ামা হৌমা নোকথোক্লগা হায়রকই,— ইমোচৌবগী রাসি ফাওদো! য়েংঙোই, ঈশ্বর হায়বসিদি মপালদা চোংথোরক্লগা তেংথাং-বিরগদবা নত্তে, ইবুংঙো মহাক্তবু থৌজালবিনিংলবদি মীওইবগী থম্মোয়দা চঙহুনা থবক পাংথোক্লনবা শিনবিরম্বিবনি। ইহাক্না অসি-মক্তদগী নদোমচা প্রমোনা চিঠি থারকপনি। ইবম্বিবনা অসিনি—'মতম কুইরবগী তুংদা ময়ামগা উননিংহুনা য়ুমদা হল্লক্লে। মহাকপু লাকই, মখোয়গী ওফিসগী অহাক অমা লমদম অসিদা হাংদোক্লবা। ঐ য়াম্না চিল্লি, ফাইহাক্তা শংদে। অদুনা ঐ লাকপা ঙম্মোইদৌরে, অদুনা য়ায়বদি ইচে অমুক্তা লাকপিয়ু। অদুগা পাউ অমগা তমজগে—ইচেগী নচানুপা কয়া য়াম্না চাউবা লৈরবগে হায়বা ঐ খঙদে। মখোয়গী ওফিসতা কম মখল মখলগী মীওই কয়া থবক হাপকদৌরি। ইচেনা

হাপহল্লিংবা কনাগুম্বা মীশক লৈরবদি থাবিরকউ, থবক তৌহনসি। তামো-য়াইগী মচানুপা অহলছ থবক চংশ্রে। য়ারিবমখৈ থিছদনা লাকপিয়ু, ঐখোয় চয়োল অমগা সিদা লৈখিগনি।'

চিঠি অহুগী মতাং অসিদং পাহুনা তাহল্লগা বিজয়ানা হায়রকই, —অঙাং ওইরিঙৈদগী নদোমচ' প্রমোনা ঐখু য়াম্না নিংলকই। নঙ চৎলুরবদি নঙগী পাবুং-য়াইহুদা ঙাংনবিহুনা অকবা থবক অমা শোয়দনা হাপ্পিরকনি। ঐদি নঙ হয়েংমক চৎলুচো হায়রিবনি। লৈকম ইশিল্লুসে—

—আই, ইমাদি চৎলোইজ্র।?

—ঐ? বিজয়ানা নিংবা কায়বা মওংদা হায়রকই,—ইমাদি ক্ষিভম অসিদা কমদোনা চৎকদগে? ঐনা হিংলিবা মঙং অসিদি মহাক্লা খঙবা নত্তে। অহুনা অরোইবদা ইরক্লিবসিনি,—'ইচে অমদি ইতৈ-ইবুংঙোগী মকমদা খুরুমজরি।' ঐদি চৎলোই, নঙ হয়েংমক ঈশ্বরবু থম্মোয়দা চেৎনা থাগোয়হুনা চৎলুচো। তামো-য়াইগী মচানুপা অহুদি মেট্রিক কেললনি। মানদি থবক ফংলগা মঙোন্দগী ক্লাস অহুক য়াম্না হেল্লিবা নঙনা করিগী ফংদনি।

টি. ডি. সি. সেকেণ্ড ইয়ার কাওবা তম্নকপগী ছাত্রনী পুক্সি অহু হেরাচন্দ্রদি কাউথোকখিবা কুইরবনি। মমাগী রাদা খঙহৌদনা মাগী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী নামিবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎচিল্লকপগুমশ্রে। তশেংবনিদনা— মহাক টি. ডি. সি. সেকেণ্ড ইয়ার কাওবা তম্নবনি।

অহুগী মথক্তা অমুক মদোমচা য়াইমখোয়গী ওফিস!

বিজয়াগী লোন্দা— তশেংনমক অস্নুক কুইরবগী ভুংদা ঈশ্বরনা মায় ওনশিনবিরক্লবনি।

য়াম্না কুইরবগী ভুংদা ইমুং অসিদা অমুক হয়া নুংঙাই-ঈথক হৌরক্লে।

বিজয়ানা মচাশিংদা চৈ-থাংহনা অমুক কৌদ্রে, ইবুংঙো-ইবেম্মা হায়হুনা কৌরে। মহাক্লা নোকমি নোকমি তৌনা মচানুপা অহলদা মমানা অঙাং ওইরিঙৈগী য়ারী লিরকই। মখুড়া য়াইমা কয়া য়াম্না

শাউগনবা মীশক্লো, অদুগা প্রমো অদুমক্তা কয়া য়াম্না হৈ-শিংনা মহাক্না ঙাংলক-চৈরক্কদবদগী কমদৌনা নাম্থোকখিবগে, করম্বা কালদা বিজয়াবু খুদোংথীবদগী মহাক্না কমদৌনা কনবিখিবগে, অসিনচিংবা।

অসুম্না বিজয়ামা হৌখিবা পুন্সিগী মতাং কয়া তম্নগা হায়রকই,— ঐদি য়ারীদা কাউথোকউরে ইমোচৌবা, নঙ নুংশা মরক্তা য়ানা হল্লক্লি-বনি হায়বা। নঙগী তলগা চাগা খৌয়াং তৌখিরুগে।

ঙাইহাক লৈরগা বিজয়ানা তলগা চাগা পুরক্কুনা মচানুপাগী মাংদা থম্লরে।

খঙহৌদনা পৃথিবী অপূম্বা য়াইকরবগুম্মী।

বিজয়া অমদি হেয়াচন্দ্রগী অয়া-চিন্তা 'পূম্বা কোক্লবগুম্মী।

তলব চাউবা থবক অমা কংই হায়বা তারেদনা হেয়াচন্দ্রদু! মহু মওং অমদা কংবমক তাবনি। প্রমোগী মপুরোইবা, হেয়াচন্দ্রগী পাবুং-য়াইমা অদুনা ওকিস অদুগী মকোক্লদিনা! অদুগা হেয়াচন্দ্রনা বিজয়াগী মচানুপানিদনা।

থংনবা নুমিৎনি। বিজয়ানা বর চবুল অমা পীদুনা মচানুপা হেয়াচন্দ্রবু প্রমোখোয়গী য়ুমদা থাগ্রে।

চৎলমদায়দা মচানুপানা তোংলিবা শেন্দল অতৎপদু উবদা বিজয়ানা হায়রকই,— লাক্লিবা থাদদি অমবু ঙইরবসু নঙগী খোঙউপ অমা লৈশিনগদবনি। ক্বিভম অদুম্না ওকিস কারবদি ইনাও-ইবুংঙো অদু মমায় চোপকনি। নঙবু সাহেবকী মরি-মতানি হায়বাময়াম্না খঙলোইদ্রা?

হেয়াচন্দ্রনা হায়রকই,— খোঙউপ? মদুগুম্বা য়াহ তোকখিসি। খাইদগী হাম্না ইমাগী কনেক অনী লৈদবা য়াদে— অমনা অয়ুক-নুংদাং শেৎননবা, অমনা চৎথোকপদা শেৎননবা। নঙগী মচু খোক্রুবা মচেৎ মচেৎ কোৎলবা কনেক্কু শেৎহল্লরোই।

অতৈ নুমিৎ অমা ঙইরম্নবদি হেয়াচন্দ্রনা থৌনা কনা মমাগী কিগী য়া পল্লুবা ঙম্নোইদবনি। ঙসিদি কিগী য়া পল্লুবদা মমানা ইমুংগী

অয়াং-অপা অঙ্গুপা মহাক্কী মুপা মোক্তমুখী রা পল্লুনা চাংলক্লোই হায়রা হেরাচন্দ্র মপানা খল্লৈ।

ওসিদি মরমনা মচানুপাগী বাদা নোক্লুনা হায়রকই,— নঙনা ঐগী ফি-মোলগীদমক ময়াংখাইতরা কবিশ্রতা তৌরন্নু ইচাসিদি। ঈমাদি মুখীনি, ইমুংদা লৈরনি—ঐগী ফি-মোলগীদমক অমুক তাক্তাকথা কাময়দে। নঙদি মপালদা মীরক তীনবা চৎপা তাবনি, অদুনা নঙগীনা হাক্তবা য়াদে।

অমুক কুইবসি হেরাচন্দ্র মপালদা চৎথোক্তবগুম্মী।

লৈকম হং হংদুনা হেরাচন্দ্র মদোমচা প্রমোগী খুম মোরক্লে।

ইস!

কয়াদা চাউররা! কয়াদা ভক্ত-অহেনগ্রবা! মহাক চংগদবা হল্লোইনা থোক্কই। লাইরক করনি, ওসি মহাক মফি-মমোল লময়মল্লৈ নায়া লাকপসি।

শক তাকউবগা মদোমচা প্রমোনা তশেংনা হয়াওদুনা চমাংনরকই। হায়রকই,— আই! নঙবু অমুক হাক্লা চাউরয়বা, পাখং পুরা কারবা!

মদোমচানা মচানুপা-নুপীশিং কৌথোক্লুনা শক খঙনহল্লে,—সিদা কল্লিবসি কনানো খঙব্রা? নখোয়গী নমাবোক বিজয়াগী মচানুপা অহলসি, নখোয়গী নয়াখুমি।

ইমুংদা পুশিল্লুনা তরাম তরাম তৌরকই, য়ারী কয়া শারকই!

মদোমচা প্রমোগী লোনচৎ-শাজৎ য়াঙাং-শাঙাংদা হেরাচন্দ্রনা মতম কুইরবগী তুংদা মশাবু মী অমা ওইনা খঙরকই।

মোয়াদা কমল্লনা হাওর-হাওরবা অচা-অপক চাবা মতমদা মহাক্না মখোয়দগী তোঙানবা ওইনা খল্লুবা ঙমজ্রে। মদোমচা প্রমো, 'মশাবুং—কাটনা কৃষ্ণগোপাল মহুগা মমোক্কী মচানিংগা লোয়নবদা ইমুং অমতা ওইরক্লবী।

অচুম্বনিদনা, মহাক কৈদৌবগী তোঙান তাগদৌরিবনো ? তোঙান তানিংঙাই কারি লৈবগে ? থোইদোক্লহুম মদোমচা প্রমোগী মচাশিংদগী মহাক্লা শক কজবদা হম্বা নত্তে, হৌন-লোনচৎ খঙবদা হম্বা নত্তে।

মদোমচাখোয়গী শকয়েং সুংশেলদা হেয়াচন্দ্রনা মশাগী খোঙদগী তোন কাওবা নিংখিনা উবা কংউ হায়দুনা ওইরম্বা য়াউ, মখোয়গা মাপা খেন্ননা উবা কংদ্রিবা।

কনানা হায়গদগে হেয়াচন্দ্রে তুংগী আশা লৈবা ওকিসকী থবক তৌবা মীশক নত্তে ?

মহাক্লা মশাগী শকওং-শাদা অদুক হাক্লা কজে হায়বসি করিগুম্বা সুমিৎতসু ভাব ওইক্লদে।

লাম্ফোয়ক্লিবা অচাপোৎশিং অদু তশেংবদি মহাক্লা লোয়নবা চানিংবনি, অদুবু কংজদবা চাকচা তাখিগক্রা খল্লুনা অয়াম্বা লেমহল্লি।

মদোমচা প্রমোনা ওক্লুনা হায়রকই,— করি তৌরবগে হেয়া করিমত্তা চাত্রবদি ?

—য়াম্না চারে ইদোমচা। হেয়াচন্দ্রনাময়ৌ থাংনা নোক্লকই, ইদোমচানা ঐবু থিবোংজাও হিংচাবগুম খনবিক্রা হায়বগুম।

—মদু য়ারোই হেয়া। মদোমচা প্রমোনা ওাংবা হৌয়কই,— নঙদি পাথংনি, চারিমথৈ ওকপা লৈতবা মতম্নি। অচাপোৎ থয়সিদং কাওবা চাবা ওমদ্রব্রা ? মদু য়ারোই। লোইনবা চাগদবনি।

হেয়াচন্দ্রনা থুৎপীগা থুয়াইগনা চপতুনা সন্দেশ অমা লোথৎলগা হায়রকই,—অথুম্বা পোৎ চাবা ঐ কয়া হৈনদে ইদোমচা, মসিগীদমক ইমাগী মীচৈ হম্বনা তাবা নত্তে। মদু নত্রবদি লোইনা চাগদবনি।

তশেংনা হৈনদবা। অচুম্বমক। হৈনদনবগী থুদোংচাবা কৈদৌঙেবু কংলিবা।

অসিগুম্বা অচাপোৎ মমিৎতা উরক্লবা কুইরবনি।

অদুম ওইনমক প্লেটতগী মমিৎ য়াম্না লায়না লৈথোকপা ওম্মী।

খনা চানিংইর্নদু চাদনা ইথৌকুনা থবা ওন্না হায়েনিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী মহৌও অমা লৈ, চাকরী নুংঙাইবা মতুংদা চাংদরক্লবা য়াগদ্রা ?

মসিগী মতুংদা পাবুং-য়াইমা ব্রজগোপাল জাকই।

হেরাচন্দ্রগী খুইকর্ম-লাককম অমদি অঁচাপোৎ হায়া প্লেট ইম্বোক-তুনা থম্বা অতুদা মিৎয়েং তারুবনরা কনানা থঙ্গনি, য়াম্না হয়াও-তনাম্না য়াম্না শারে। লৈবাক্কী রাগী, রাজনীতিগী য়ারী, পঞ্জাবকা মণিপুরগী কদায় কদায়দা থেন্নবগে, অসিনচিংবা কয়া তম্লকই। হেরাচন্দ্রগী মপা শিনিবগী পাঙ তাবদা য়াম্না নুংঙাইদবা কোংদো-রকই। নুংশি-চানবিবগা লোয়ননা হংলকই,— লাইবক কয়া কাওবা তম্নবগে, করি তৌরিবগে হৌজিক ?

হেরাচন্দ্রগী থম্মোয় মিহুন তিং তিং চোংলক্লে।

মসি চপ চান্না খুদোংচাবা মতাংনি। মহাক্কা য়াহং অসিগী পাউথুম ওইনা মসি শৎ হায়দোক্লগা লোয়রে,— করি অমুক তৌরগনি পাবুং-য়াইমা! শেললা-থুমজা পীনিংঙাই লৈজদবা, অচৌ-অশাংগী মরি-মতা ওইদবা ঐখোয়দি হৌজিক কাল্লুসিদা সরকারগী থবক কদায়দগী ফংগনি! পাবুং-য়াইমনা অনৌবা ওকিস অমা হাংবিগদৌরিব্রা? মহুদা ঐবু করিনো থবক অমতদি হাপ্পিয়ুদনা!

অহুবু কদায় ?

মহাক্কা য়াহু হায়রক্লিদি কদায় ?

হেরাচন্দ্রগী মচিন্দগী অতোপ্পা কনানো অমনা য়া ঙাংলক্লিব্রা ?

—লাইয়ক অহুক হাক্কা কদায়দগী তমহৌগদগে পাবুং-য়াইমা ? টি. ডি. সি. থাওঁ ইয়ার কারকপদা বাথা লৈখিদে, উপায় লৈতবদগী থবক মচা অমা তৌশিল্লে।

—ওঃ, মহু ওইরে। মদোম্বচানা হায়রকই.—মহুবু কদায়দা থবক্লো ? থাদা ওলব কয়ানো ?

হেরাচন্দ্রনা থৌশাদবগী মঙৎদা হায়রকই,— মহুবু কররা অমুক ওইপানি! কেরানীনা নত্তরা কন্না ওইগনি! হৌজিক্তি কেরানী মচা ওইরি, অদুবু তুংগী আশাদি নৈ।

করে, হেরাচন্দ্রনা হায়রিবদি কমিনে'—মহু মশামা খাজদব্রা?

কন্নিগীনো অসিগুম্বা অর্থ থোক্তবা রা ঙাংলিবা? ঙাংনিংই হাক্তুনা পংঙাং ঙাংলিব্রা? মনীংতম্বা রা ঙাংবগী খুদোংচাবা কারনে হায়দুনদ্রা?

মদোমচা প্রমোনা হয়াওদুনা হাযরকই,— মচুদি য়াম্না ফৈ, সরকারগী থবক তৌহৌবা হায়রবসিদি অকৎবনি। মচাসুপাদা উর্মশিন্দুনা ঙাংলকই.—কেবেন, তারেদনা নঙগী তামোমী অসে? নঙদি হৌজিক কাওবা অঙাংমচা শান্দুনা লৈরি, নঙগী তামো হেয়ানা নঙোন্দগী হল্লিবসি চহী অনীদনি। মহাক্ কয়াদা মথৌনা মরিংজেল লৈপ্রবা! কেরানী অমা ওইনবা হোৎনবদা শেল য়াঙ্গোল অমা তিংন্নরবা মতম অসিদা মশাগী মঙুৎনা শেল মনা অমতা ফিংদনা থবক চ লি!

ব্রজগোপালনা হায়রকই,— হোয়, ঐদি মাবু উবদদা খঙলবনি, য়াম্না মবুদ্ধি লৈবা অঙাংনি হায়বা। হেরাচন্দ্রনা ওনশিন্দুনা হায়রকই, —নঙগা উনর্বদা য়াম্না নুংঙাইরে ইবুংঙো। হৌগৎলগেরা? করে, ঐখোয়না সিদা লৈরিঙৈসিদা ঙম্নবদি নোংমা অমুক লাকউ।

—য়েংজগে, নোংমাইজিং নত্রবদি উপায় লৈতে।

অসি হায়রগা হেরাচন্দ্র মপালদা থোরক্লে।

মাগী ফুরিৎখাওদা য়াওরিবা হায়ববু লুপা অমথক্কনি। কেন্টংগী ভাড়া কোম্নরেক্তি। মথৌঙনা কনা শাংনা চৎলগা তোংলুবা তাবনি। নখৌঙ লাওনা লাওনা থাংদুনা চৎমনবা হোৎনরকই, অদুবু অস্তুম অস্তুম তুংহন্নবগুম তৌরকই।

চৎপদা মঙম শাক্লে!

মতুংলোমদা মদোমচা প্রমোগী য়ুম্লোমদা মশক উদবা কনাননো কম্না কম্না ইল্লক্রবা?

করি তৌগদগে মহাক্না?

অমূক চন্দ্রমা চৎলুবা তাত্রা ?

মহাক্না হায়জরুবা তাবনি,—'মতম অদুদা কাপ্পী তৌহনা য়াথেম ঙাংজুবনি ইদোমচা, পাবুং য়াইমদা হায়ন-খোৎনবিহুমা ঐগী থবক মচা অমত্তা কংননবা শিনবিয়ু। আশা য়াম্না চাউনা লাকচবনি।'

অদুগা ইঙ্গোক্নুনা থ-গ্রক্কা প্লেট অদু চিংশিল্লগা অমুক হন্না চাক্কবা তারিব্রা ? হায়রুবা তারিব্রা ? —'ইন্দোমচানা অদুক হাক্না হুংশিবিবগা লোয়ননা চাশিন্নবা হন্না হন্না তাকপিখিবদু য়াদনা থোক-উরগা নিংঙম্লক্তে।'

অম্বুম্না হায়রুবা ঙম্মোই।

কাপপ্রবা তেন কৈদৌঙৈদম্মু তেন্দোংদা অমুক হঙ্গিল্লকউ য়ারোই।

"অদুবু হেয়াচন্দ্রনা কৈদৌবগী অদুগুম্বা তেন কাপ্পুরিবনো ?

রাখলদা লুপ্পা মহাক্না মখোঙ থাংলকই, অদুবু মঙমদি শান্দে। মহাক্না হঙ্গিন হঙ্গিন থল্লকই,—অদুগুম্বা তাইবংপান শেবাৎনবা রাশিংদু মহাক্না কৈদৌবগী হায়রুরিবনো ?

মাবু ঙাওরব্রা ?

মাবু ভূত চুক্করব্রা ? ম্যাং-তাকপগী মশক ওইরবা ভূতনা মাগী চরম মেৎতুনা থমখিবনা ওয়-তৈনবা রা ঙাংখিব্রা ? মশাগী মখোঙদা মশানা শীংজংনা য়ানশিঞ্জরুরিবা করিগীনো ?

হৌজিক মশাগী মশম পদৎ পদৎ কোইদৎচদুনম্মু করিমতা কাম্নররোই।

মমাদি মহাক থবক শোয়দনা কংলগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা মপূক্লিং মকালাম্না লৈহৌবনি। মমাগী আশা অদু অয়েম্বদা তাহল্লবা !

হৌজিক মহাক্না মমাদা কম্বি হায়না তম্মুগদগে ?

অশেংবা রাকম অদু খঙ্গলকপদা মমাগী থম্মোয়দা অকনবা চৈথেং কংলোইদ্রা ?

চৈথেং অদু মমানা খাংবা ঙমগদ্রা ?

মহাক্কী মরালদগী মতম শাংনা লৈত-লাইরগী চৈথেং কংলক্লবী লুপ্তাবী মমা অহু খাংউথক্কা পুন্সি কেমখিবা থোক্লবদি ?

অদুবু, হৌজিক করি উপায় লৈরিবগে ?

লৈ, উপায় অমা লৈ।

মাগী মরুপ মোহনগী য়া মতুং ইন্না চৎলবদি মমাগী পুন্সি কনবা ঙমগনি।

হৌজিক মহাক্লা অদুক হন্থবা অচোম্বা থবক অদু তৌবা তায়ব্রা ?

থবক শুব-নোম্বদবু অচোপ-অরেম খায়কম থোকপ্রা ?

অচোম্বা হন্থবা থবক্তি হুরান-চিন্থি তৌবা অদুগা মরম চাদনা দান লৌবা অসিনি!

মহাক্লা থবক অদু তৌই হায়বা খঙলকপদা মমাগী থম্মোয়দা চৈথেং করিমতা ফংলোইদ্রা ?

ফংসন্নু, মদু খাংবা ঙম্বগী পাঙ্গল মমাগী মতিক চানা লৈ।

অদুবু মচাগী মীনম্বা য়াহৈগী চৈথেং মমানা খরমখৈদি খাংবদা য়ানা থোকনি।

অম্মুম্না মওল মওল কয়া খল্লবা তুংদা হেরাচন্দ্রগী থম্মোয়দগী চাউথোকপা অমদি নাপল মাংখ্রে।

হেরাচন্দ্রগী থম্মোয়দা হৌজিক্তি মীওইবগী মক্লুবা মঙাল অমা ফাওরক্লে।

অমুক থিম্থবা তৌদনা মহাক মাগী মরুপ মোহনগী ময়ুম তম্না খোঙশানখ্রে।

# নিয়ম কায়বঃ

স্বামী শিবানন্দ হরিদ্বারদগী অচিংগী ট্রেন্দা তোংদুনা মথুরা থম্মা লাক্লি। স্বামীজী অসি পূম্নমক থাদোক্লবা সন্ন্যাসী ওইরবসু ন্যায়মদবদা মীয়াম্না ওমশিল্লক্কদবা কীবদগী মতম থুদিংমক্তা ট্রেন্দা ফাস্ট ক্লাসতদা তোংদুনা চৎথোক-চৎশিন তৌই। মচোন্দা শেলগী অরাংপা লৈতে, ভক্তশিংনা শেল য়াম্না য়াম্না কৎলৈ। স্বামীজী অসিগী পান্দমদি সাংথরক্লবা হিন্দু ধর্ম শন্দোকপনি।

মহাকী মক্কওইবা আশ্রমদি মথুরাদনি। ভারতকী মকম কদায়দসু মহাকী আশ্রমগী মশা হাংদোক্তুনা লৈ। মণিপুরগী ইম্ফালদসু মহাকী আশ্রমগী মশা অমা লৈ। পালি নাইনা মহাক্না অতৈ আশ্রমশিংদসু চৎতুনা খুমিং মচা-তক্লি হেক হেক লৈরুই।

স্বামী শিবানন্দ ইম্ফালগী তখেল লৈকাইদা য়াম্না ঈনাকখুনবা ইমুং অমদা পোকই। মহাকী মিং হান্নদি অঙাংয়াইমা কৌরম্মী। মহাক মেট্রিক পাস হেক তৌবদগী মিউনিসিপালিটীদা লৈদুনা কিলোগ্রাফকিদা ডোক্তরেং ওইখিবনি। অদুবু মহাক্তি হাইস্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈদগী হিন্দু ধর্মদা মায় ওনশিল্লকখি। ধর্ম নৈনবা মহাক্না য়াম্না পাম্জরকই।

স্বামীজীনা তোংলিবা কা অদু মুমিদাং পুং তরা তারকপা অহুমায়দগী ইহাং হাংই।

মহাক্না মৈ মুখৎলগা থোঙনাও ময়াদা কমন্দলা অমসুং খোম্বদা য়েংদুনা ভজন ঙংলকই। অহিং থেংজিল্লক্রবদা মহাক কম্বল শুপতুনা হিপথখি।

উইথরুরমাল্লে—উইরমদবসু য়াই। হৈনরকপগী মতুংইন্না মহাক্না তুম্নমদায় থুদিংগী ঈশ্বর নিংজৈ, খঙহৌদনা মপুক্লিংদা থল্লকই, কনানো অমা চংলক্তুনা মাগী লুখুমদা লেপ্লবগুম।

মহাক্না মনা-মনিল নাইদনা অমুম্বিৎ পাংথোক্লুনা হাইক্লেহং হেংলুবদা খুঙলে,— মুশিন মুনা উরা মীগী মূর্তিগুম্বা অমনা মাঙী লুপ্থুম মমাদা থম্লিবা রেগ অহু হাংদোক্কদবগী কন্না হোৎনরি।

শো লোনবা ডাবাহুদা মুপা অহু কদায়দগী কমদৌনা চংলক্লিবনো'?

অঙকপনি !

কনানা খঙগনি, গাড়ী থাম্লিবৈদগী মমাংদা রাথকুমদা লোৎতুনা লৈরম্বসু য়াই, নত্রগা থংনবা কেবিন্দা ১০তৌ অত্নুনা তোংতুনা লাক্লগা মী তুম্লবা মতুংদা কেবিন অসিদা চংলকপসু ওইরম্বা য়াই !

ত্তরানবনি মহুদা চিংনরুনিংঙাই কদি অমুক লৈরিবগে ?

অমম্বদা তুমিন্না চংলক্লগা মীগী বেগ হাংননবা হোৎনরম্লিবা মহাক অহু ভগেংনা অচম্বা মীদি থক ওইরোই।

স্বামী শিবানন্দনা অমম্বদা নোককেৎ তৌতুনা হায়রকই,— নঙনা হাংননবা হোৎনরিবহু কাম্নরোই ইবুংঙো।

নুপাতুনা 'হিঃ' হায়তুনা মতুংল্লোমদা খোঙকম থরা খঙহন হন্দোকখ্রে।

শিবানন্দনা হৌগৎতুনা মৈ থানগৎলে।

মমাং কংবা চহী কুনমঙারোমগী পাথংনি।

কুচু ঙৌই, মশম খোই, পীগুম মথক্তা থাংকমগুম্বা দাগ অমা লৈ। মমায়হু হাম্নদি কজরম্বা য়াই, অহুবু লাইথোকপগী দাগনা মশক থিহল্লে। খোঙগ্রাও পোকেট্টা মথুৎ হুমজিন্নুনা চপ মুংনা লেপ্পতুনা লৈ, পোকেট্টা হাপ্লিবা রিভলভরহু চেংনা প্লায়রম্বা য়াই।

স্বামীজীনা ইত্তপ ভগ্না মঙংদা নোককেৎ তৌদুনা হায়রকই,— নহাক ডাবা এমনা কাঙকে নুপামচা, নহাক্না পাম্লিবহু মকম অসিদদি কংলরোই।

বা অসি ত্তাবদা খৌঙইনবা মীনোক্না নোকুনা পাথং অহুনা হায়রকই,— থঙই থঙই, সন্ন্যাসী কাংবুবু ঐ মুম্না থঙই। গেরুরা

শেৎলগা পূম্নমক থাদোক্লবা লম্বোইবা হেক্তা ওইবা নত্তে, মখোয়গুম্বা তাৎ-পাৎকী লাইনিংবশিংদি মমুংদনা কুবেরগুম্বনি! অপঙবা মীয়ামগী মকোক্তা নখুৎনা নানবিদুনা শেল পেক পেক্তুনা লৌরিবা নত্রা? নঙোন্দা লুপা লিশিং কুন-কুম্ন য়াউরি হায়বা ঐ পাউ কংলবনি। হয়াও হয়াও শেলদু পীথোরকউ. নত্রবদি অরেম্বদা নথরায় মাংহনা তোকনি।

পাখং অহুগী য়াঙাং মওংদু তাহুনস্মু শিবানন্দনা শাউরুবা তৌদে, থোইদোক্লহুম খঙনিং-তানিংব পোক্লক্লে। অহুম মোমোন তৌনা মহাক্না হায়রকই,— অহু ওইরবদি অমুক খিম্ন্দরিবা করিগীনো? পোকেটতা য়াউরিবদু শৎতোয়ক্লোদনা, নিংথম থাগী অহিংনি, কাগনি হায়বগী থোইনা চিংনকুনিংঙাই লৈতে, থংনবা স্টেশন্দা শৎ হেক্তা কুমথখো।

পাখংহুগী কিক্লংপা মওংদু মাংখিহুনা য়ায়থোংদা করেম্নবগী মমি তারক্লে। পোকেটতা য়াওরিবা রিঙলবরহু চেৎনা পায়হুনা হায়রকই, —হাই হনুবা, চালাক তৌনু। লেকচর শাংনা তৌহুনা ঐগী পুক্লিং ওলহনগনি খল্লিব্রা? য়াঙাং-শাঙাংদা করিস্মু লৈত্তদবা ভিক্ষারী ওইনা খলহন্নবা হোৎনরিব্রা? ফাস্ট ক্লাসতা তোংবা মীগী মতিক-মগুণ ঐ চপ চানা খঙই! সিন্ধকী গেরুয়া শেৎপা নখোয়গুম্বা সাধু শাবা মীবু ঐনা মশক খঙলোইদ্রা? লম্বোইরবদি অহুগুম্বা ভোগ-বিলাস পূম্নমক অহু থাদোকদবনি। অহুবু নহাক্কি গেরুয়া শেৎলবস্মু অক্কে-অমৌ থাদোক্তে, ট্রেন তোংবা কাওবা মুংঙাইবা মকম খন্দুনা ফাস্ট ক্লাসতা তোংলি! ঐদা হুয়ানবা নত্তে, নহাকস্মু মখল অমগী হুয়ানবনি।

য়া অসি তাবদা শিবানন্দ খঙহৌদনা শকক্ম হুক্লিন্দুনা নুংবংননা লৈখ্রে। অহুবু মহু মিৎকুপ খরদগীনি, হান্নগুম নোকমি নোকমি তৌনা মহাক্না পাখং অহুগী য়াঙাং মতৌ তমহুনা হায়রকই,— মী থুদিংমকপু মাগী মাগী লীচৎ-শাজৎ মতুংইন্না চৎপা শুয়ব্রা মুপামচা? নহাকী য়ামক হায়রসি, নহাক শাগৈ-জাত য়াংবা ইমুংদা পোকপনি! অহুগা ঐ মসিস্মু খঙই; নঙ ময়াং-মচা নত্তে, মৈতৈমচানি! নঙগী লীচৎ-শাজৎস্মু হৌন-খঙবা মীগী ওইকম থোকপনি।

—ঐবু মৈতৈমচা। কমদৌনা খঙবগে ?

—নহাকী রাঙাং-শাঙাং, মিৎয়েং-ন্যায়েং অদুগা শকওং-শাদা মমাংদগী পূমতোপ তোপ্লি। অহিংগী ট্রেন্দা রিভলবর পায়দুনা কোইচৎ চৎপা নহাক হৈনদে হায়বস্থ ঐ মুন্না খঙই।

—অঙইব্রা ? পাখংদুনা মপূক্লিং কাথরগা অমুক হায়রকই,— অদুবু ঐ কনানো হায়বা কাউখিবা মতম কুইরে। মদু নিংশিংহন্দুনা ঐবু শোয়হনবা হোৎনবনা কান্নবা কংলোই। রারেম তোকখোক্লুনা বেগতু হাংদোকউ য়েংসি।

—নহাক অদুম হাংদোকচরো। হায়দুনা শিবানন্দনা বেগ অদু থাংদোক্লুনা মমাংদা থম্মরে।

পাখং অদু হাইকেৎ খঞ্জানরকই, অদুম ওইনমক থংনবা মিৎকুপ্পা অচেৎপা খোম্থোক্লা হায়রকই,— ঐঙোন্দা নহাকী নমথাক চংবা ওয়োই। শেলদি কিবৈদা য়েপশিন্দুনা থম্নগা অকাওবা শারিব্রা ? মদন্না কৈদৌঙৈদস্থ ঐঙোন্দা ওইদবা পাউ পীরক্লোই। নঙোন্দা শেলয়াম অদু য়াউই হায়বা তশেংনা মুন্না খঙলবা তুংদা মহাক্লা ঐঙোন্দা পাউ পীরবনি।

—স্বামী শিবানন্দনা হন্দক্তি শককম হাইকেৎ হঞ্জিন্না হায়রকই,— পাউ অদুক কুপ্পা লোবা ওয়বদি লুপা লিশিং কুন-কুম্ব্রা ঐগুম্বা হনুবনা পুদুনা ইতোমদা অহিংগী ট্রেন ভোংদুনা চৎপা ওয়োই হায়বগী বুদ্ধিসি মহাকপু করিমতা লৈতব্রা ? অদুগা নঙগুম্বা অশিংবনা কমদৌনা মদু শৎ হেক্তা থাজরুরিবনো ?

পাখংদুনা হন্দক্তি তশেংনা নিংবা কায়রদুনা হায়রকই,—মদু খল্লি-বনি, ঐবু অপঙবা হায়বদু ওইরবা ! চেক-বুক য়াউব্রা হায়য়ু ?

স্বামীজীনা মঙক হাইদুনা হায়রকই,— য়াউদে। অদুম ওইনমক নপূক্লিং চম্লনবা নশানা থিদুনা য়েংউ।

—নত্তে, য়েংলরোই। গেরুরা ময়োমদু থোক্লুনা য়েংলুবগী কান্নদে। অদুবু হায়বিরিবসিনি অহল, তুমিন্না হিপদুনা অদুম

লৈগদবনি, লেঙ-ওৎপা য়ারোই। চেনকা চিংগে তৌরবদি অরেম্বদা নথরায় মাংলে খঙজৌ!

স্বামী শিবানন্দনা অমুক রা মচেৎ অমত্তা ভাংদনা মোমোন মোমোন তৌনা মৈ মুথৎলগা হান্নগী মতৌগুম কম্বল চিংখৎতুনা হিপশ্রে। ভাইহাক্কী মতুংমক্তদা মহাক নিংভাইবা লৈতনা ইশি শিনা তুমথশ্রে।

পাখং অহু অমম্বদা ফমহুনা করি খল্লিবনো কনানা খঙগনি!

ডাকু রত্নাকরগী মতৌগুম মহাক মপুকচেল হোংলক্লব্রা?

কমানা খঙগনি, কমদোননো মহাক চপ য়ুংনা কমহুনা রাখলগী ঈপাক্তা ভাউনা পুং অমরোম লেপ্লে। ইখঙ খঙহৌদনা তাঞ্জা অমদা মহাক্তা মথুৎ-মশা শ্রু শ্রু নৈহনা লাউরকই,—হাই হম্বু লম্বোইবা! তুম্না তুম্না নহাক্তা ঐভোন্দা যাহু তৌশিল্লক্লব্রা? ঐ শিগদোরে, খাংবা রারে।

শিবানন্দনা অকিং-অকাই ওইনা ফুরক হৌগৎলক্লগা তৌকম খঙদনা হায়রকই,— করি তৌরবগে?

লাইখোকখিবগী ৰ ওং চাক্লবা মমহুদা অমুক হেন্না অকীবা কংলবা শক্লোন পুখোক্তুনা হায়রকই,—নহাক্তা ঐভোন্দা যাহু তৌশিল্লগা অমুক হংলক্লি,— করি তৌরবগে? হো ইমা, ঐ শিগদোরেমি!

অনা-মৈচাক খাংঙমদহুনা পাখং অহু মশা কর-করা হাইরক্লে, শাগী মতৌগুম ভংলকই।

শিবানন্দনা ভাইহাক মাগী মওং-মতৌহু মুম্না য়েংলগা হায়রকই, —নঙবু এপেণ্ডেসাইটিস লৈব্রা?

—করিনো? হায়রিবহু করিনো? পাখং অহুনা চৈনাখোল অহুগী মরকস্থু ফুগদবগী মতাগুম ভংহুনা হাইরকই,—করিনো হায়রিবহু অমুক্তা হায়মু, ঐবু থিরিনগী লায়না লৈব্রা হায়না হংলিব্রা? ঐগী অরাবসি উবদা নহাক্তা পেন্নরিব্রা? ঐগী কোকথক্তা রারেন্ট অহুম থরাক থরাক য়াল্লিবনি খঙলব্রা? হুরানবগী অমা অহুগা মী হাৎলুরগী

অনী। মতুংদু ঐ করি লাক্লনা কৈরগে হায়রবা হাসপিতালদা য়েংবা চৎলুখিগদ্রা ? ডাক্তরদা য়েংহনবা চৎপদা ঐসু কাখিবা মতুং মহাক পাম্বরা ? হো ইমা, ইমা-ও ! ঐ হিংজরোই ! হিংলরেরোই !

পাথংদু উপ্পা হিপত্তুনা মশা কর-করা হায়না লাউত্তুনা লৈখ্রে।

মহাক্না মশা কোনথৎলক্লিবা মকম অদুদা নমথত্তুনা লৈতানা হিপহন্নবা অরেম্বদা হোৎন-হোৎননা শিবানন্দনা হায়রকই,—ভাই-হাক্তা লেঙদনা জ্ঞান তানা লৈয়ু নুপামচা। মমাংগী স্টেশন য়ৌরগা করি তৌবা য়াবগে য়েংসি!

পাথংদুনা ওন-থোইদুনা মশা ভেনশিন্দুনা মৈচাক থাংলি, অদুম ওইনমক মাগী হৈনবীদি থাদোক্তে।

মহাক্না মশিংঙা ফুদোক্তুনা খোঙেল য়াক্না লাউরকই,— 'করি তৌবা' হায়বদি রেল-হাসপিতালদা শিন্নথোকপা নত্রা ? ঐ চৎলোই। গুপচৎ চৎলোই! মখোয়না ঐবু হিংদি হিংহনগনি, অদুবু ফাঁসি তৌদনদি তোক্লোই! ঐবু নঙগী আশ্রমদা পুদুনা চৎলু। ট্রেনদগী ইম্থদুনা ঐবু হাংকে হায়রবসু হাৎলু, অদুবু স্টেশনগী হাসপিতালদদি ঐবু থনঅগনু।

—অদুবু ঐগী লমথুংকম অদুদি য়াম্না লাপ্লি।

—লাপচসনু! লাপচসনু! পাথং অদুনা শদৌ থোংনা হায়রকই, —মীগী কত্তনবা তৌশিনবদি হৈরগা কনবা তৌবদি হৈতব্রা ? অমুক্তা মন্ত্র শোন-খোৎতুনা মৈচাক অসে খিত্তা নেমথহল্লু!

শিবান্দনা হায়রকই,— ঐদি অকৎবসু কত্তবসু যাদু-মন্ত্র করিমতা হৈতে নুপামচা। খঙহৌদনা অসুম্না তৌরক্লবদি লায়েংবা দয়কপায় ওই হায়বদি খঙই।

—খঙহৌদনা তৌরকপা নত্তে, অসুম্না মরক মরক্তা হেক-হেক তৌরকই, ওস্থোক্না মঙং চাখিজদ্রোদনি। ঐ হিংলরোই, শোয়দনা শিরগনি। নখোঙদা তুজরি সন্ন্যাসী, ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু—হাসপি-তালদা হন্দোক্নুনা থম্বিগনু।

অদুগী তুংদা ঙাইহাক লৈরগা থংপ্রেক থংনা অমুক্তং থংলাউ লাউরম্লগা পাখং অদু রাম্বপ্রে।

করিম্বু তৌনিংঙাই উপায় লৈতনা অসিগুম্বা খাংঙমদবা অনা-চৈনাখোল তুমিন্না য়েংহুনা লৈবা হায়বসি কয়াদা থম্মোয় পুঙমদবা মশক ওইপ্রবা! লৈজসনু জ্ঞান তাদনা মিৎকুপ থরা! ঙাইহাক পোত্থাবা কংজনবা!

চপ য়ুংনা কমছুনা লৈপ্রে শিবানন্দ।

হুরানবা মীহাৎপসি হাসাপতালদা থনম্লরোইব্রা?

তশেংনমক মাবু মশামক্না আশ্রমদা পুহুনা চৎলগদ্রা?

অদুবু করিগীনো?

মখোই নত্তনা অদুক চাউবা খোদাং লৌরুগদোরিবা করিগীনো? দরকার করি লৈ?

মথংগী স্টেশনগী হাসপিতালদা থিজিল্লম্লগদ্রা?

রাম্বরিবা পাখং অসিবু নমথাক তৌরগদ্রা?

মাগুম্বা মীশক অমগী মকমদবু থাজবা ঙাকপা হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থ লৈখিগদ্রা?

মীহাৎপা মীচেন অমনি মাদি, খুদোংচাববু কংলম্লবদি মাবুম্ব ঙসায়না হাৎতোক্লম্লগদবনি।

অদু ওইরবদি?

হিংলকপা থোক্লবদি ফাঁসি তৌহনপ্রগদ্রা?

মহুদা অমাংবা করি লৈ?

সমাজগী য়েক্লবনি, মীওইবগী য়েক্লবনি, শান্তিগী য়েক্লবনি। মখোয়দি চৈরাক কংবা দরকার ওই।

অদুম ওইনমক নিংহম্লরিবা করিগীনো?

স্টেশন্ অমগী মথংদা স্টেশন অমা লাকই, অহিং লেপ্লুনা নোং-ঙাল্লে, অদুবু স্বামী শিবানন্দ চপ য়ুংনা কমছুনা অদুম লৈ।

নৎতে, মশাগী আশ্রমদা পুহুনা চৎলগনি।

মপূক্লিং লাংতক্লরবা লম্বোংইবনা মুন্না খঙহুনম্মু মতম ওইদ্রিবৈগী মমাংদা খোঙনাওয়োমদা হন্না হুন্না য়েংলকই, করম্বা কালদা মশাগী লমথুংকম য়ৌরক্কদগে হায়বা।

মমৈথংদা লম্বোংইবগী লমথুংকম স্টেশন থুংলরে।

স্টেশন্দা মহাকপু ঙাইনরম্বা ভক্তশিংনা চিৎন-চায়নবা ঙম্লমদে! অহানবমক্তদা স্বামীজীনা ভক্তশিংদা স্ট্রেচর অমা থুনা থৌরাং তৌনবা হায়রকই।

ভক্তশিংদা নত্তনা রেল-কর্ম্মচারীশিং ফাওবা কোইচেন চেমৈ।

কনানম্মু করিগুম্বা রাহং অমতা হংদে।

স্বামীজীগী কনাগুম্বা অচানবা ভক্ত লম্বীদা খঙহৌদনা নারকপা শোয়দনা ওইরমগনি হায়না ময়াম্না লৌনৈ।

শহর থুংনা চেম্লবা মতুংদা ডাক্তর লাক্লে। ঙম্মথৈ হোৎনম্লে, অহুবু ওইথোক্তববু ওইথোকহনবা য়াগদ্রা? অশি-খোঙদা চংশ্রবা মীবু অমুক হন্না পুরক্লবগী মত্তিক লায়েংবা কনাগী লৈবগে?

স্বামীজীনা হায়খিবা লায়না অহুমক্তি হায়বা য়াই, অনাবা মশানা মতম শাংনা থৌশা-লৈশারকখিদবনা লায়েংবা ঙম্বগী রাংমা লানম্রে।

আশ্রমগী সেবা তৌবীশিংগী সেবা পূম্নমক অয়েম্বদা তাহল্লমহুনা মথংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা পাখং অহুশিন্রে।

তশেংনা মশক খঙদবা পাখং অহুগী মমমদা করিগুম্বা খঙনিং-তানিংবা অমতা কনানম্মু কোঙদোরক্তে।

আশ্রমগী নিয়মদি খুদোংথীব-অৱাবদা কিঙৎতনা অহুগা হরাও-নুংঙাইবদা তথক্তনা মাগী মাগী মথৌ তৌবা আশ্রমগী চৎনবীনি।

অহুগা মহুগী চৈরক অহুদা নুপা অমনা শিবানন্দগী মখুত্তা চেখাও অমা শিন্নরে।

পাখংহুগী ফুরিৎকী জেপ মপাদা মন্নুংদা য়াম্না চেকশিন্না অয়োনবা পোকেট অমদা চিঠি-খাওহু য়াউরম্মান্নে।

লুপা ভয়া চৎপী নিপাল, চাম্না চৎপী ভরাতক্লকা

শেল অসি করি তৌগনি স্বামীজীনা !

শেলয়াম অসি মথুন্তা পায়বদা শিবানন্দনা মসি অয়ানবা উপায়না তানবনি হায়বা খল্লুদে, খল্লিবদি শেলয়াম অমা ফুরিৎখাওদা হাপ্পা হাপ্পা শিবা য়াবা লায়না লায়েংদনা য়োক্লুনা থম্লিবা করিগীনো হায়বা অসিনি ।

পুলিশনা ফাগদ্রা হায়বা কীবদগী যমগী মথুন্তা তাগ্রবা !

অদুবু শেল অসি কৈদৌনগদগে ?

শিবানন্দনা করিগুম্বা অফবা থবক অমদা শিজিন্নগদ্রা ?

মহাক্না শিজিন্নবগী অধিকার করি লৈবগে ?

কনানা হায়বা ঙমগদগে কম্বিগীদমক পাথং অদুনা পাপকী লম্বীদা খোঙদারকখিবনো হায়বা। মঙৎ অদুম্না শেল তান্দুনা ইমুং পুবা ঙহিরম্বা য়াই, লাইরবা মমা-মগাদা থাম্বা য়াই।

কনানা হায়বা ঙমগদগে মাগী মমিং করি কৌরম্বগে, লৈকম্না কদায়দনো ?

ভক্তগী অরা-পোৎলুম ঈশ্বরনা পুবি— রাকম অসি অচুম্বনি ।

খঙহৌদনা 'চেথা ঙহুগী কাচিন্দগী চে মচেৎ অমা লৈবাক্তা তারক্লে। চিঠি নত্তে, পাউ-চেগী কটিং মচেৎ অমনি !

মল্লবা মচু ঙল্লবা য়াম্না কুইরবনি।

মী মাংখিবগী এভর্ডাইজ !

মনা লাওথোকপা নত্তে, শুপ্নগী এভর্ডাইজদনি ।

'ঐগী অমতা পোকচবা শ্রীনিংথৌজম ইমোচৌবা সিংহ, চহী কুনমাথোই, কুচু ঙৌই, মমায়দা লাইথোকপগী দাগ লৈ, পীগুম মথক্তা দাগ অমা লৈ, হৌখিবা এপ্রিলগী তারিখ মঙাগী অমুক পুং নিপালদা য়ুমদগী থোকখিবদগী হজিল্লক্লে ! কনাগুম্বনা মাগী লৈকম তাকপিরকপা

নত্রগা মাবু শিন্নবিররবদি লাইবক থিরবী নুঙ্গাবী মমা ঐনা পুক্নিংগী লমন তৌনশিঙ্গররগনি ।

নোঙ্গুকচরিবী—

শ্রীমতী নিংথৌজম ওংবী সনাজাওবী দেবী

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল।

চহী কুনমাথোই !

চহী মরীগী মমাংগীনি হায়রবদা চিংনক্লনিংঙাই লৈত্রে। খবর মচেৎতুগী মশক্লস্তু মতুমক হায়রি।

মথংগী নুমিত্তা ভক্তশিং কৌশিল্লগা শিবানন্দনা ইম্ফালদা চৎননবা থৌরাং তৌনবা হায়থ্রে।

ইম্ফালদা !

মকমতুদা করিগীনো ?

স্বামীজীগী পোক্লকম্নিদনা।

অতুবু মকম অতুগী আশ্রমদা চৎলুবা থা অহুম কাপ্ত্রি।

মহৌশাদি য়ামত্রবদা চহী অমমম থেন্ন-থেন্ননা চৎলি।

হৌজিক অস্তুক থুনা চৎপীদৌরিবা করিগীনো ?

মকম অতুগী আশ্রমদা য়াম্না লুবা রাকম অমা লাক্লত্রা ?

অতুবু কনানা হংলুগদগে ?

কনানস্তু করিস্তু ভাবনা শাক্লবা ওয়মদে।

চেজেৎ অতুদা থাংমৈবন্দগী কদায়য়ায়দনো হায়বা তাংদাংবা লৈকায় মত্রগা লৈরকী মমিং পন্দে। কমদৌনা থিরুগদগে ?

স্বামী শিবানন্দ ইম্ফালদা লাকই হায়বা তাবদা মীয়াম্না মাবু কোইশিল্লগনি। ময়মদম ওইবনা নোংম-নিনিদা পাক হেক হল্লকপা য়ারোই।

অদুম ওইনমক চৎপা ঙামদ্রি।

শিবানন্দ ইস্কালদা থুংলরে।

মথংগী অয়ুক্তা মহাক আশ্রমগী ভক্ত অমগা লোয়নদুনা থাংমৈ-বন্দদা লাক্লে।

হং-হংদুনা লাকপনা মখোয় সনাজাওবীগী খোঙ্গাল য়ৌরক্লে। মীয়াম অমা মতুং ইন্নরকই।

লৈকায়গী নুপা অমা চেনশিন্দুনা সনাজাওবীদা স্বামী শিবানন্দ লাক্লি হায়বা পাউ তাকলুরে।

তশেংবদি স্বামীজীনা মতোমদা চংদুনা সনাজাওবীগা উনরুবা পায়নি, অদুবু লৈকায় অদুগী খুঙনিং-তানিংলবা মীয়ামদুবু মহাক্না খিদায় তৌবা ঙমদ্রে।

পাউ কংদুনা লাইরবী লুশ্রাবী সনাজাওবী চঙরুনা ইমুংদগী থোরক্লে।

মহাকপু অতম্ননা মশক নাইবা লাইনিংবা-সন্ন্যাসী অমনা খিরল্লিবা করিগীনো ?

খঙদ-উদনা মহাকী মকমদা মরাল লংশিল্লখিবা লৈত্রব্রা ?

অদুবু, মদু সনাজাওবীগী থম্মোয়না থাজবা ঙমমদে।

স্বামীজী লাকই তাবদা খঙহোদনা মাগী থম্মোয়দা অকনবা মৈচাক অমা ফুকৎলক্লিবা করিগীনো ?

হে গোবিন্দ ! নহাক্না মনাইনুবীদা নুংঙাইবা পাউ তাহনবিয়ুকো।

শিবানন্দনা খবর মচেৎ অদু মতোম্দা উৎতুনা হংলকই,—থ্রেউডাইজ অসি ইবেম্মনা তৌবিখিব্রা ?

সনাজাওবী মপূক্কিং লৈতাকম খঙদরা। মিথমেংনা চেংদুনা হয়রকই, —অহোয় বাবাজী, মাগী পাউ খঙবিব্রা ? চহী মরী শুক্কে হৌখ্রাগী নখাক উরক্তবা ! মহাক হিংলিদনা বাবাজী ? মাবু লাক্লগদ্রা ?

—লাকখিরোই।

—লাকখিরোইদবা ?

স্বামী শিবানন্দনা অচেৎপা খোঞ্জেলদা হায়রকই,— মহাক লাকঁ-খিরোই, রাকম অসিমক খঙহনবা ঐ লাক্লিবনি। মহাক সংসার-মায়া থাদোক্লুনা লম্বোইখ্রে।

—ঐগী ইচাবু লম্বোইরবা।

চঙক্লনা য়েংলকই সনাজাওবীন', মচানুপাগী লোনচৎ-শাজৎকা চানদবনা ওইরম্ব। য়াই। মমৈথংদা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই,— ব,বাজীগী নাক্তা লৈত্রা?

—:হায়! মঙোন্দা শেল অসি য়াউরম্মী, সন্ন্যাসীদি শেল তানবা য়াদে। শেল অসি ইবেম্মনা কংকম থোকই।

শেল!

অমুক য়াম্বা শেল!

লুপ্তাবী সনাজাওবীগী মকমদদি মসি য়াম্না চাউবা শেলকম অমনি।

অদুবু মচানুপাদগী শেলনা হেনত্রা?

খঙহৌদনা সনাজাওবী হিক হিক কপখৎলক্লে।

মচাগী মৈচাক খাংঙমজত্রবী মহাকপু স্বামীজীনা করম্বা রাহৈনা থেমজিনবিগনি।

মনীংতম্না কপহন্দুনা মৈচাকী লমখায় পীরবদদা ময়েং তারকনি।

চাইহ্নক লৈরগা সনাজাওবীনা মপী তৈথোক তৈথোক্না হায়রকই,—শেল তান্নু য়াদে হায়বগী খরা ঙাংলুই হায়দুনা খঙলে মমাগী মথক্তা লমন খুম্লিবনি মানা। ঐ শেল পামজদে বাবাজী, শুপ্নগী ঐবু;মাগী মনাক্তা অমুক্তা পুবিয়ু। মশক অমুক্তা য়েংজগে।

শিবানন্দনা 'স্বুংশি-চান্নব্বিনা ,খোম্ব্রোক্তা হায়রকই,— মত্থ য়াদে ইবেম্মা,মনীচুক্তা লোয়নগা সন্ন্যাসীদি চঙ্কি,তম্বা,খিথোই শুম্লিবা কাওবা অপোকপী মমা অমদি পোক্লকম লমদম য়েংবা য়াদে!

চহী তরানিথোই।

বস মমুংদা কমদুনা শিবানন্দনা খল্লকই, অমুকন্তু চহি ভরানিথোই চুপ্পা সনাজ্ঞাওবী হিংখিগদ্রা ? অদুগী মতুংদা হংলক-খিগৎলকত্রা মীনম্বা রা অসিবী ?

অদুবু শিবানন্দনা অসুম্না মী-ম্ব ঙাংলিবা করিঙ্গিনো ?

মচানুপা শিবগী পাউগা লোয়ননা মহাক্না শেল অদু পীবা লাক-পনি। অমত পোকপা মচানুপা কায়নবগী মৈচাক খাংদুনা মতম অদুক শাংনা হিংলমখিগত্রা হিংলম্লরোইদ্রা হায়বা চিংনবদগী মনি ঙর্উয় তৌদবদনি।

স্বামী শিবানন্দনা মীয়াম মমাংদা মীনম্বা রাবু অচুম্বা ঙইনা ঙাং-লম্নগা লাক্লি। চহি কুম্ভমেঙাগী মমাংদা গুরুগী মকমদা রাশক্তুনা লৌখিবা নিয়ম অদু মতম অম্মক শাংবসি ঙাক্লক্লিবনি— অদুগুম্বা নিয়ম অদু থুগায়দুনা মীনম্বা ঙাংলবা !

অদুবু, মদু করিগীনো ?

## মধুমঙ্গল মাংখিবা

মশক নাইবা ঠিকাদার লাইমযুম মধুমঙ্গল শর্ম্মা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মকম খঙদনা মাংখ্রে।

মশাগী তুঙ্কম কাদা তুম্লিরৈদা অহিং অমদা লেম্না নুংশিৎ-মুংশাদা তূম্বগুম তুমগ্রমাল্লে মশা-মউ তিং-তিং লাউরিবা মুপা অমা।

নুংতিগী মতৌগুম মণিনা মহাকী কমুং নাম্থোক-খোৎতোক্লগা কাংখল থাবা মতমদা মহাক সোকাদা কমদুনা চুরুপ থত্তুনা লৈহৌই। অদুগী মতুংদা নাশোল পিক্লা থোঙ ঙাশিঙ্কল্লগা মণি তুম্বা চংলুবনি, অযুক্তা মহাক্না চা লানশিনবা লাকপদা কা অদুদা মধুমঙ্গল লৈতে হায়বা খঙনরকপনি।

হন্দক-মরক অসি খঙহৌদনা মাংপ্রে হায়বগী পাউ তাবদা থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইরম্বে। মরক মমক্তা ইস্কাল অমিদা অসিগুম্বা থৌদোক অসি ইথোক্ক থোক্তবা নত্তে। অদুম ওইনমক মশানা তুম্মিনা য়ার্কিং চৎখিবা অদুগুম্বা থৌদোক্না য়াম্মী।

মশাগী তুক্কম কাদা হাৎতোক্কুনা থনম্বনা অতোম্না য়াকম্মি! অদুবু মপাল থোঙজাওস্নু হাংদনা মহাক কমদৌনা মাংপ্রিবনো, মসিনি ঙক্লিবা। ` ছুরামবা নত্রগা য়েক্লবনা কাখিবগী য়াকমস্নু ওইথোক্কে, মরমদি থোঙজাও হাংহুম অদুম শো লোন্দুনা লৈম্মি। অসিগুম্বা থৌ-দোক অসি মমাংদা অমুক্তা তাখিদ্রি।

করিগুম্বা মরম অমগী মহাক কদায়দনো চৎলমগনি হায়বা য়াবা অদুগুম্বা প্রমাণস্নু কংলমদে।

মকি-মরোল, থোঙউপ-শেন্দল পূম্নমক মচি লেংদনা লোয়নমক লৈ! মহাক্না য়ার্কিং চৎপদ পায়নবা লৌচৈ অদুস্নু অদুম মকম লেঙদনা লৈ।

অদুক হাক্না মশা নোয়-পেনবা নুপা অদু মতৌ কমদৌনা নুংশিৎতা হেক্তা তীনখিগদগে?

অদুদি মহাক্কী অহিংবা নত্রগা অশিবা হকচাংদু কদায়দা চৎপ্রবগে?

মহাক তুক্কম কাদা লৈতে হায়বসি কনানা ইহান হান্না খঙলক-পগে?

মহাক্কী অচানবা মনাই মণিনা ইহান হান্না খঙলকপনি।

মহাক অয়ুক নুমিৎ থোক্লিকৈঙদা মশা শেংদোক্লগা চা থকপগী হৈনবী লৈ। মতুগী মতুংদা মহাক য়ার্কিং হেক হেক চৎলি।

মণিনা মমিকৈঙদা মপুগী চা লোনবা নোংমতা শোয়বা লৈতে। মহৌশাগুম ঙসিস্নু মহাক্না অয়ুকী পুং মরি চপ চানা চা পুদুনা লাকপদা থোঙ হাংলমদে, বেল অনিয়ক খিংলবদস্নু থোঙ হাংদোরক্কে।

ঙাইহাক ঙাইরবা কাওবা কা মতুংদগী মনা-মনিল অমত্ত তারক্ল-বদা মণিগী খম্মোয়দা নুংশাখিবা পোক্লক্লে।

চাউরিকেংঙ খঙ্গানরগা মণিনা তম্না তঙ্ক পর্দা হাইদোক্নুনা য়েংলকই, কাংখৈঙ্গ মঙুংদু উহাং হাংই। থিনিট অমরোম লেপত্তুনা মহাক্না ভাবনা শাৱকই. বাথরুমদা চংলমগনি।

"নোংমতন্থ মধুমঙ্গলদি ঘড়িগী কাঁটাগী মতৌঙুম নিয়ম কাব্দবনি। অহুম ওইনমক মীওইবগী হকচাংনিদনা! নোংমা কাকোক নিয়ম কায়বদা অদুক হাক্লা শকলুনিংঙাই ওইদে। মঙোন্দা নিয়ম কায়বা য়াদে হায়বা অকক্লবা দণ্ড পানবমক্তি নত্তেদনা। মনিগী মতৌঙুম মহাক্তি থবম মতম কায়বা য়াদবা অদুগুম্বা করিম্মু লৈবা নত্তে। অদুবু করিগুম্বা মণিনা নিয়ম কায়রুরবদি মপুগী অয়াকপা মীচৈ শোয়দনা ভাগনি। মপুক্তিং পেন্দবা কাওরকই মণিগী।

অদুবু কদায় মপুদি!

ঙাউহাক লৈরবা মতুংদম্থ মপুগী মশক উবা কংদ্রে, মণিগী থম্মোয়দা চিংনবা রাখল কয়ানা নৈহৎলক্লে, আজ্ঞাহলদি কদায়ন!

মণি নিংদোল চোংনা থোঙ তপ্পা হাংহুনা কা মনুংদা চংলক্লে। কদায়দম্থ কনাম্থ লৈতে। মহাক্না বাথরুমগী থোঙ হাংহুনা য়েংবদা মনুং অদুদা ঈশিং মরিক অমা কাওবা তারমদে। ওরাং অহিংদগী বাথরুম অদু শিজিন্নদবা মাল্লি।

অদু ওইরবদি?

য়োৎকুম কল্লবা মণিগী হকচাংদু থক থক নিক্লক্লে। কমদোননো অমঙ্গলগী খুদম অমা মহাক্না উবা ফংবগুম্মী। অহুম ওইনমক মহাক্না ইমুংগী মীয়ামদা রাকম অদু তাকউব্রিবৈগী মমাংদা মপুগী কাহু থুংনা চংতুনা কয়িনো কোইথি থিদুনা য়েংলকই। 'মপুগী মোম' মথাদগী শো চথুলহু 'লোয়রগা টেবিলগী ড্রবার হাংদোক্নুনা য়েংলকই।' মহুক্না য়াউরিবা পোৎ-চৈশিংদু হাইগৎ-খোকথুনা য়েংলগা থিংজিনক্লে। টেবল মথক্তা চে মচেৎ অমা টেবল-লেম্পনা মচিং থর। নমশিন্দুনা লৈরম্বা থেংনরে। মহু পুক্কুনা মশাগী উপুদা হাপচিল্লমগা মথুমদলগী মচলমুপীগী মচামুপ। চন্দ্রকান্তগী কাগী থোঙ ময়াদা লাক্লে।

চন্দ্রকান্তদি মহৌশানা ভূতপূ য়াম্না কী, অদুনা নিংথমথা খণ্ডদে কালেন খণ্ডদে কাগী থোঙ খোঙনাও য়াম্না চেকশিন্না লোনশিল্লগা তুম্মী।

থোঙ থিল্লকপা তাবদা চন্দ্রকান্তনা পাখৎপগী খোঙ্গোক্তা হায়-রকই,—কনানো? কনানো?

—ঐনি আজ্ঞা, ঐ মণিনি। আজ্ঞাহল থিবা কংল্লে, বাবু মাংল্লে।

চন্দ্রকান্তনা থোঙ হাংদোক্লগা মমিৎ নোইনা নোইনা হায়রকই,—করিনো হায়রিবহু? মামা মাংল্লে? থিবা কংল্লে? মহুগী অর্থ করিনো?

—অর্থদি আজ্ঞাখোয়না খণ্ডবিরমগনি, ঐদি খোঙ-খুৎ পুন্নমক পণ্ডখরক্লে।

চন্দ্রকান্তনা থাজদবগী সুরদা হায়রকই,—নুমগী মকম খুদিংমক্তা য়াম্না মুন্না থিরব্রা—বাথরুমদসু?

—থিদবা মকম অমুক লৈল্লে, কদায়দসু লৈতে।

অদুম ঙাইনমক চন্দ্রকান্তনা থাজবা ঙম্মদে, হায়রকই,—য়াকিং চৎথিরম্বা য়াই।

—আজ্ঞা-ইবুংঙোনা তাকপিরিবসি করিনো? গেটকী, থোঙজাওগী, খোঙনাওগী শোটৈজ লোইনবা ঐঙোন্দা লৈরিবসিদি?

—মহুনিনে! খোঙ শো লোল্লগবু মহু হাংদনা কমদোনা কনা মপালদা থোকপা ঙমগনি!

—নহুদনি ঐনা তৌকম খণ্ডক্রিবসি।

চন্দ্রকান্তনা ঙাইহাক তুকক-তুকাই চম্না য়েংহুনা লৈরগা হায়রকই,—ছাদ মথক্তা য়েংলুরব্রা?

—ছাদ মথক্তা?

তশেংনমক মণিনা মকম অহুদদি য়েংলুক্রি। অহুবু আজ্ঞাহলনা অমুক নোংঙাক্রিঙৈদা হৌগৎতুনা মথক্তা হরা চারুবগী রা কমদোনা থল্লমগদগে?

নিংথিজরবা অচৌবা যুম অসি মধুমঙ্গলনা চহী মরীগী মমাংদা শাখিবনি, অদুবু নোংমতম্না মহাক ছাদ মথক্তা কাখৎপা কনানম্মু খক উখিদে। অদুম ওইনমক কাখৎতুনা য়েংলুবা ভাবনি।

মণিদু চেম্না চেম্না ছাদ মথক্তা কাখৎখ্রে, অদুগা থিন্দনা শৎ কুমথরক্লে।

—লৈতে।

চন্দ্রকান্তনা হায়রকই,—সুরেশ হৌগৎখ্রব্রা? মঙোন্দা হংলুরব্রা?

—নত্তে আজ্ঞা-ইবুংঙো. মাগদি তৌজিক ফাওবা উনরক্রিদ্রে। কনা অমা হায়ররবস্মু আজ্ঞাদি ইমুংগী মীনি, অদুগা সুরেশবাবুদি মীতোপ্নি। ঐখোয়গী আজ্ঞাহলদা মাদি য়াম্না ভক্তি লবা শাশিন্নবদনি। অদুনা—

—কৈ-মচা চাউরবা য়োকপনিদনা— করি হায়বগে মণি?

তুংলোমদগী সুরেশনা অসি হায়রগা হৌনা নোক্লকই। অসোমগী মতাম্নদনি মাগী কা, করম্বা মতমদা মহাক লাক্কুনা মখোয়গী মতুংদা লেপ্পরিবনো কনানা খঙগনি!

রাফমদি অসিনি, মশাগীনি হায়বা তাইবংপান অসিদ! মধুমঙ্গলগী কনাস্মু লৈতে। মাগী মতু-মচা কনাস্মু লৈত্রে। কৈদৌঙৈ মখোয় কমদৌনা শিন্দুনা ভূত ওনখিবগে হায়বা অদুস্মু মখোয় কনাম্মু খঙদে।

অদুবু মহাক শেল য়াম্না পায়। অদুনা তুংদা নুংশিবিরক্কুনা শরুক খরা থুংবিরকত্রা হায়বগী আশাদা মরি-মতাশিং লাক্কুনা য়ুম অসিদা শাইদাংলরিবনি। অদুম ওইনমক খরা নকশিন্নবা মরি-মতা হায়ববু চন্দ্র-কান্তদি মচলনুপীমক্তা মচানি। অদুগা অমনা মাগী নুপীগী মবুংগী মচা সুরেশ অসিতনি। লৈরি শান্তকুমার অমম্মুং মাগী নুপী কামিনী—মনেনা পোকপা মযাম্বগী মচানুপাগা মমৌনুপীগা। মদুদা নত্তনা লৈরি নলিনী—শাগৈগী মখুড়ানা পোকপা মনাওনুপাগী মচানুপী, অদুগা মীনাই-মীশল মরাম-ত্তরগা।

খত্র 'কংকদ খোকপা অশেংবা কনা য়াউরিবগে?

অদুম ওইনমক মধুমঙ্গলদি মপাল নাইদবা সম্পত্তিগী মপুনি। শহরগী মতায়দা মহাক্না অঙকপা কংনা চাউবা য়ুম অসি চহী মরীগী মমাংদা শ্নাখি—লুপা লাক্ষ কয়া চংনা।

লমদম অসোমদদা নত্তনা অসুক চাউবা য়ুম ইক্কাল শহর অপুন্বদা লৈতে হায়বা য়াই। য়ুমচু মরোলসু মরীনি। লমদম অসি শহর পাকখোক চাউখোকপদা য়াউরকপা চহী পংয়াম য়ামদ্রি। অদুনা মকম অসি খুদং ওইরম্বগী খুদম হৌজিক কাওবা লৈরি। ইগী য়ুম কয়ানা মচুগী সাক্ষী ওইরি।

ওইনিংবা ওইজসন্নু, মধুমঙ্গলগী য়েক্নবা কনাসু কদায়দবু ওইরবসু লৈরমগনি নিংদে— মরুওইনা মাবু কাদুনা পুরগা হাৎকদবা! অদুম ওইনমক মচু নত্তনা করি অমুক খন্নরুনিংঙাই লৈরিবগে?

চন্দ্রকান্তনা মীমাংদা ফজদে হায়চনা তামো-সুরেশ হায়না কৌরবসু মতুংদদি সুরেশ্বাবু হায়না শিজিন্নে। ঈকাই-খুম্নবগী বাবু তোপশিনবা নত্তে, করেম্নবগীনি।

মরুওইনা মমাংদা লেপ্লরবা অদুদা চন্দ্রকান্তনা হায়রকই,— করি হায়না খনবিবগে তামো সুরেশ?

মতাং অসিদা পলহৌবা চুম্মী, ইমুং হুপ্পনা মধুমঙ্গলবু মপাল-খোংদদা ওইরবসু খোইদোক্না হেন্না কৌনবা, নোম্লুক্না, ঈকাই-খুম্না চৎলবসু সুরেশতি কমদৌদুননো মতম চুপ্পদা খৌওই-উৎশিৎতবা ভাব চেল্লি।

মুপী শিগ্রবদা মুপীদুগী মবুংগী মচাবু খৌওইবিদবদি ওক্লিংঙাই ওইদে, অদুবু মনেগী মুপা মামাগী য়ুমদা মনীং তৌনা শেৎ-চান্নুনা লৈগনি, অদুম ওইনমক খৌওই-উশিৎলোই হায়বা অসি করম্বা য়াকয়ো হায়মুদনা?

চন্দ্রকান্তগী য়াদা চুরুপ মৈখু কামথোক্লগা সুরেশনা হায়রকই,— অহিং অমগী মমুংদা মামাগী থম্মোয়দা সংসার মায়া থাদোকপা শায়কখিবনি, মীনাইগী মতৌওম য়ুম থাদোকুন্না চৎখিবা নত্তনা অতৈ করি ওইগনি!

চন্দ্রকান্তনা ৱারোৎহনা হায়রকই,— অহুদি উচেক ওন্দুনা পাইখিব্রা ?

—মহু ওইরবদি যাম্থু মন্ত্রীগী মতেংনা পাইথোকহনখিবনি।

—নহাক্না মহু ওইরবদি রাকম অসি সেরিয়স ওইনা লৌদব্রা ? য়াম্না শাউনা চন্দ্রকান্তনা হায়রকই।

মৈথু কামথোক্লগা সুরেশনা কংনোক নোক্তুনা হায়রকই,— হায়রিবথু করিনো, সেরিয়স ওইনা লৌদবা হায়রবদি করিনো ? ঈনাক-খুনবা ঠিকাদার অচৌবথু য়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রবদি চৎখ্রেদনা—উইল অমতং ইরম্লগা চৎপা য়াবনি। সম্পত্তি পুম্নমক কজনা য়েন্থোক-থোংতোক্লম্লগা লম্বোইগদবনি। হৌজিক নঙগা ঐগা, শান্তকুমারগা নলিনীগা থাং পায়নম্নুনা হাংনবা নত্তনা করি ওইগনি !

—থাং পায়নবা হায়বদি করিনো ? চন্দ্রকান্তনা হংলকই,— নখোয়গা থাং পায়নগদৌরিবদি করিগীনো ? নখোয়বু কনানো ? মচা লৈত্রবদি মচল-মচেগী মচানা স্বত্ব কংকম থোকই হায়বসি খোয়ম নম্লিবা অঙাং কাওবনা খঙই।

—সংসারদা অসিগুম্বা পোৎ য়াম্না লৈ, খোয়ম নম্লিবা অঙাংনদি খঙবা— অহুম ওইনমক অহলনদি খঙদবা !

অসি হায়রগা সুরেশনা অমুক্তা কংনোক নোক্লম্লগা তারেল মরেংবান্দা হাইগৎতুনা থৌ-রা শাদনা মথাদা ঈরুজরুনবা কুমথব্রে।

য়ুম অসিদা বাবু শাবদা মহাক্তা পাবিনিংঙাই কনা লৈতে।

চন্দ্রকান্তনা ময়া চিক্তুনা হায়রকই,— হুঁ ! উরেদনা মণি, উরেদনা ? কয়াদা থৌশা-লিশাদনা ঈরুজবা চৎখ্রিবনো য়েংউ, য়ুমসিদা অরা-অনা করিস্থু থোক্তবগুম্মী !

—কৈদৌনা উদনি আজ্ঞা-ইবুংঙো, মসিগুম্বসি উনা উনা ঐ হনুবরক্লবনি। হৌজিক্তি ইবুংঙোনা য়েংবিরো। ঐদি মসিদা মাগী খুৎস্থু খরমখৈ য়াউরমগদ্রা নিংই।

—ঐস্থু মহুম্না খল্লিবনি।

অসি হায়রগা চন্দ্রকান্তনা শকক্কম হঞ্জিন্না মহুন্না কমদোনা থোকপ্রিবনো হায়বা খন্না খন্না খঙহৌদনা মঙক হাইহুনা হায়রকই,—কদায়, ঙসিবু চা-ককা থকপা কংলরোইদ্রা ?

—হৌজিকপু চা ? মণিনা নিংবা কায়না হায়রকই,—চাউবহু ঐনা হৌদোকউদ্রিবমখৈবু হৌগৎলকখিগদ্রা ?

—মাবু হৌজিক ফাওবা তুন্নিদ্রা ? য়ুমসিদা লৈরিবা মীশিংসি য়াম্না মঙক হাইগৎনরক্কদৌরি খঙলে। য়েংজো, ঐনা মত্তিক চানা মখোয় লোইনবা পায়া ঙম্বিগনি। হৌজিক য়ুম অসিগী মপু ঐনি হায়বা কাউরোইদবনি। চৎলো, নঙ গ্যাস শং থাগৎলগা চা থুনা লোন্নকউ, ঐ থকে। ওঃ, তুমশিং ফাদনা হৌগৎপসি কোক ঙাওকিং ঙাওকিং তৌই।

মণি চা লোনবা চৎথ্রবদা চন্দ্রকান্তনা তপ্না তপ্না লাক্কুনা মধুমঙ্গলগী কাদা চংলক্লে। মশাহু হাইকেৎ শৌবিং শৌবিং লাওই হায়বা য়াই, ইমুংদা কনাম্বনো খংহল্লক্কদবগুম নিংলকই। অহুবু ফনা অমবু ওইরবস্থু মহাক লাইরিক হৈবা পাখংনি, মমাংঙৈগী চাউখৎ-থ্রিঙৈগী থাজবীহুবু মহাক্না য়োকখৎপা পামদে। মী লৈতবা কাদা ঙাংলক-চৈরক্কদবা লৈতে হায়বা অসি খঙজনবা বুদ্ধি ফাওবদি মাগী লৈ।

অহুগা করিগুম্বা ঙাংলক-চৈরক্কনি হায়বগী চিংনমিংঙাই লৈত্রবদি মোন মথাদগী শোজৈ লোরগা আলমারি মনুংদা চেকশিন্না থম্মিবা য়োংকী উপুমচাহু শো হাংলগা শেল খরা লৌথোকপদা অথিংবা কল্লি লৈগদগে ? মরুওইনা মহাক্কি সম্পত্তি পূম্নমক কংলগদবা মীশক্কি।

চন্দ্রকান্তনা মাগী মামা মকম খঙদনা মাংখিবগী মথরায় নুংঙাইত-বগী মমিংদা চা অনীরক থক্লে। মতম অহুদা মহাক্না খল্লকই, থানাদা পাউ অমতং পীহৌবনা চুম্লোইদ্রা ?

ভাল্লক অহুদা য়ুমগী মম্নামস্থ য়াহৌনরক্লে।

মীনাই-মীশল পূম্নমক করিগুম্বা থবক অমতা তৌদনা কাজাওদা মী পূনবদা য়াওররে অমস্তুং য়ুম্বু কায়ন-মৈচাক্কগী থোইনা হেন্না

মীপাইনশ্রে পুলিশ লাক্ক'নি হায়রবা ভাবদা। মসিদি শুপ্নগী মখোয়দবু ওৎলনবনি হায়বসি খঙদবা কনা লৈরিবগে ?

চরাংনবগী থুদোংচাবা জোহুনা য়ুম্বানবদা দরকার ওইবা কোল-লিক, কি-রোল, ঘি-থ্বাও অসিংচিংবা কয়া মপামদা কমদৌনা থৈহোপ্পদগে হায়রবা খুম খম্না মকুবোকোদমক কামিনী কপ্পখ্রনি, অদুবু পুলিশ কৌবগী পাউদা ৱাবৌহুনা ভুমিন্না লৈত্রে।

নলিনীমা থ্বাইদগী থংনা হৌখৎলকই। অসুক হাক্না চরাংসবা মরক অশিদা মঙাক মিৎকপ থোক্লে, হৌজিক্তা হৌগৎলক্লগা চপ্প থুংনা কমথুনা য়াকম পূম্নমক তাররে। অদুগী মতুংদা মহাক শকক্ম হঞ্জিন্না মধুমঙ্গলগী কারোমদা মখোং থাংলকই।

অদুবু লৌশিং লৈবা চন্দ্রকান্তনা পুলিশ কৌবা চৎত্রিঙৈগী মমাংদা কা অদু শো লোনশিন্দুনা থনখ্রী।

—কা অসি শো লোল্লম্নিবসি কনানো ?

কনাম্থু থুম্নক্লে!

অমুক্তা হেন্না শকক্ম হঞ্জিল্লুনা নলিনীনা হংলকই, সুংশিৎতা ওইরম্বা য়াই,—কা অসি শো লোল্লম্নিবসি কনানো ? খোঞ্জেল অমুক হেন্না কন্না হংলকই,— কা অসি কনানা শো লোল্লম্নিবনো হায়রবা ঐ খঙবা পাম্মী!

কামিনীনা চংশিল্লক্লগা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই,—ইনাও-ইবুংঙো চন্দ্রনা লোনবনি—অদুবু, ঐখোয়রবু করি ওইরসিংগেনে নলিনী ? আজ্ঞাইদনা ঐখোয়রবু চালাক তৌহুনা চৎথ্রিবা করিগীনো ?

—ইনম্মনা হায়রিবহু করিনো ? ঐখোয়দা চাল্যাক কদ্রি হৌরম্নগে হায়রবা ঐদি খঙদেনা! অদুম ওইনমক হোয়—অয়াম্বনা নিংবা কায়ন-বম্নগনি— ঐখোয়গী পাবুংতোম্না নাবা মতমদা মশা নানবি খোৎ-পিহুনা করিগুম্বা খরা লৌহৌগনি হায়না খন্নরম্বনি, মহু অরেম্বদা তারে— হৌজিক কমদৌনি!

'অয়াম্বা' অসিগী মনুংচনবা মীশক অমমা মাংদা লেপতুনা মচোন্দা থামা য়েংলি।

—অয়েম্বদদি নঙস্থু ভারবনি! অক-শাহুনা কামিনীমা হায়জরকই,— উইল ইরমক্রবনিনা।

—ইরমদবহুনা ঐচোন্দদি কয়িগুম্বা মাহং অমতা লৈরে, ঐখোয়গী শাগৈগী মনুংদা ইভোমদা ভাইয়বনি, মহু কনাম্থু কাউবিয়রোই হায়বা নিংজৈ।

মধুমঙ্গলগী কাদা চংবা কংদবগী রায়োনা নলিনী মকম অহু থাদোক্তুনা চৎখ্রে।

কলেজ তম্লিবী মুপীমচানি, ম'ম চাদবা রা ভাংবা নত্তে, অমম্ভুং আইন-কানুন মুমা খঙই।

কনস্টেবল্ম মনীগা লোয়ননা সি. আই. ডি. ইন্সপেক্টর এম. হরিদাসবাবু চন্দ্রকান্তগা লাক্লে। মঙং কয়াদা মুম অহুগী কা থুদিংমক চংহুনা কুপ্পা য়ারিবমথৈ য়েংবা নত্তনা করি ভোক্লনিংভাই লৈগদগে? পোৎ-চৈ অমাং-অতা য়াওদবনিনা মীনাই-মীশুলশিংগী কমুং-কাহুং, উপুমুংবু ফাক্তুনা য়েংলুবগী দরকার ওইদে। মীজাও-মীশাং অহুগী অশিবা হকচাং লোৎশিন্দুনা থম্বা য়াবা অহুক চাউবা উপু কনাগী লৈগনি!

মমৈথংদা ইন্সপেক্টরনা চপৎতুনা হংবা হৌরকই।

অপোক্পা মত্রগা অশিবা নত্রগা মকম খঙদনা য়াংগ্রবা মীশক অহুগী মমি-মতাশিংবু চপখৎতুনা লৈতাকম খঙহন্দ্রবদদা করিগুম্বা থবক থরা পাংথোক্লে হায়না লৌনম্লিবনি। মহাক কয়ম্বা মতমদা চাক চাবগে, কয়ম্বা মতমদা তুম্বগে, নেশা করি শিজিন্নবগে, কয়ম্বা মথলগী চুরূপ য়ামা পাম্বগে, হৌখিবা অহিংদা কনামা ইকোন কোয়া মহাক্কা রা ভাংনখিবগে, কয়ম্বা হীরমদা থরম্নৈনখিবগে, পূমমক খঙলবা মতুংদা ইন্সপেক্টর হরিদাসনা অকক্নম হজিন্না হংলবকই,—অহু ওইরবদি অহিংদা ইমুংদগী মপালদা থোকপা য়াম্বা খোঙ পূরক্নক শো লেনম্লি হায়বা ময়ামগী মত অমতা ওইবিরবা নত্রা?

—কৈদৌনা ওইদনি! নোংঙাল্লবা কাওবা শো লোল্লখ্রিবনি। চন্দ্রকান্তনা হায়রকই।

—মুপা অমবু ইমুংদগী মপালদা পুথোকখ্রগা অমুক হন্না শো লোনশিনবা অরুবা থবক নত্তে হায়বা খঙবিরিনিনে?

রাকম অসি কনানসু খল্লুদে, অমনা অমগী মশক য়েংনরগা শান্তকুমারনা হায়রকই,—শোদি মণিনা পায়বনি, ঐখোয়গী ইরাল করি লৈবগে?

—দোষতি তশেংনা মণিগী মথক্তা তারিবনি।

হরিদাসকী রা অসিগী পাউখুম পীবদা মণিনা পেহৌ পেহৌ তৌনা হায়রকই,—অদু ওইরবদি বাবুনা হায়বিনিংলিবনি ঐমক্তা ঐখোয়গী আজ্ঞাহলবু তাম্থোকখ্রগা থোঙ শো লোনশিল্লি অসিরা?

—য়েংঙোই অহল, ঐখোয়দি পুলিশকী মীনি। ঐ করিসু হায়নিংদে, য়েংনিংবদনি! অদুক মশা ফবা মুপা অমবু নাচলনা চেনখি হায়বা থাজনিংঙাই ওইগদ্রা?

—অচুম্বনি। মণিনা মঙক হাইরকই।

—মীবু মনিল ওন্দুনা পাইখিগদ্রা?

—পাইরোই। মণিনা কন্না মঙক হাইরকই।

—অদু ওইরবদি—

—ঐনা করি খঙগদগে বাবু?

—মহুদি নঙনা খঙবা তাবনি, মরমদি শোজৈ নঙনা পায়দুনা লৈ।

—পোকপদগী ঐনা শোজৈ পায়রক্লিবনি, করিসু থোকখিবা লৈত্তে, অদুগা—

—য়েংঙোই অহল, পোকপদগী হৌজিক কাওবা হিংলগা ইখঙ খঙহৌদনা মোংমা মী শিরিবনি। করিনো ফিরেপ অমা ঐখোয়না লোদবা য়াগদ্রা? খল্লু- মশানা পামদুনা চৎখিবা থোক্লবদি করিনো থন্না ইদুনা থনখা য়াই—অহুবু মাগী ড্রোয়ার আলমারি পুম্নমক হাংদুনা খিরবনি—উইদনা?

মণিনা ঙাটহাক শঙানজনা লৈয়গা খঙহৌদনা কিহৈদগী থুপ-চিনবা চে মচেৎ অমা পুখোয়রক্লগা হায়রকই,— মসি লেংবিয়ুদনা বাবু !

—মসি করিনো ? মসি কদায়দগী ফংবগে ?

—আজ্ঞাহলগী কাদা অয়ুক্তা।

—ঙসায়মথৈ পুখোয়মক্লবা করিগীনো ?

—করম-কালদা পুখোক্কদগে বাবু ? বাবুখোয়নদি ঐবু মীহাৎপনি হায়তুনা ফাঁসি তৌগদবগী হোৎনবিরি। ঐগী ঈশ্বরগী পাংথক ঙইরবা আজ্ঞাহলবু ঐনা—

মণিনা অমুক পেহৌ পেহৌ তৌয়ক্লে।

—তুমিন লৈয়ু !

মণি তুমিন্না লৈব্রে।

পুলিশকী ধমকাদা মচাগী মৈচাক কাওবা কাউরিবনি, মহুদা মসিদি মপুগী মৈচাক্লি !

চেহ্র উবদা ময়াম পুম্নমক চরাং-চথক্লরকই, অদুবু মতাং অদুদস্থ পুলিশনা ধমকা তৌরকই। ইন্সপেক্টর হরিদাস মশামক্না লাউনা পারকই।

অদুবু মসি মধুমঙ্গলনা ইবা ঙইরমগন্ত্রা ?

মরিমক্লপু উইলনি হায়বা য়ারোইদ্রা ?

অশিবনা পামজরম্বা উইল ঙইরোইদ্রা ?

ভাইরাংপান অসিদা অমুক্ক লৈলিংদ্রে। সম্পত্তি হুঙম থাগে। ঐগী লৈরিবা সম্পত্তি পুম্নমক কনানো অমদা দান তৌরগা ঐ শ্রীধাম বৃন্দাবনদা বাস তৌদুনা লৈনিংলে। অদুবু মীশক অমতদা, গুপ্তগী মীশক অমথক্তদা পুম্নমক শিন্নরদ্বা পাম্মী। ঐনা অদুক পামজনা পাম্লিবা ধুম, অচিকপা মকম শিঙ্গুনা লৈখিবা ইথোল, আশা কয়াগা লোয়ননা ভানশিনখিবা সম্পত্তি, লন-থুম পুম্নমক মী মঙানা মচেৎ মচেৎ য়েন্নখিগদবা, মসি থম্মুবা কাওবা ঐ থাংবা ঙমদে। অদুবু

কনাদা পীরমগদগে ? কনাদা ? ঐগী চপ চানা হক কংকম খোকপা মীশক্তি কনাস্থ লৈত্রে, অদুনা ঐবু খাইদগী হেন্না নুংশিবা মীশক্তা পীখোক্লমগনি। করে, কনানা ঐবু খাইদগী হেন্না নুংশিবগে ? তশেংনা সুরেশ হায়বা খক্লক অদুদি মমিং কাওবা পন্নিংদে। মাবু হেক উবদা খোইদৌ হেক্তা শাউগৎলকই। খকসি-খাসি নাইদবা মঙোন্দা পৈসা অমা কাওবা পীরোই। শুপ্পী পীরোই। চহী তরা অসিদা ঐনা মঙোন্দা খরচ য়াম্না তৌখি, মহুক্তী বিল অমা শাগনি। বিল শাবনা মতিক চাই, মাদি মহাচন্দালনি! অদু ওইরবদি চন্দ্রকান্তদা ? ঐবু মথরায়দগী হেন্না নুংশি হায়—ঐস্থ মহুম্না খল্লি। অদুবু শান্ত-কুমার ? মাস্থ মুমিৎ খুদিংগী ঐগীদমক ডাক্তর খিন্দোক-খিজিন তৌরি-বনি। ঐবু ইশা কনা খম্নবা হোৎনবদা মশামক তিঙ্গেন-লাইচেন্নবনি,—মহুদা নত্তনা ইচানুপীদুস্থ—ঐগী খাতুগী মুংশিৎ হৌরকপদা মহাক্না মালিশ তৌরিবনি, চাক য়াম্না চাশিন্নবা তক্লররিবস্থ কামিনীনি। অদুম ওইনমক মুমিৎ খুদিংগী খবর পাদুনা ঐঙোন্দা তাহনবদা তঞ্জদবনি নলিনীদু। অঙোবা রুমালদা অত্তাংবা লৈ লোন্নগা রুমাল ভর্জন অমা কনানা ঐঙোন্দা পীরখিবগে ? করে, মণিবু হুন্দোকউবা য়াগক্লা ? অদুক হাক্লা থাজনিংঙাই ওইবা মীনাই—ঐগী চুং-শো পুম্নমক শিন্নবদা নত্তনা ঐগী অরোন-অথুপ পুম্নমক খঙলিবনি, ঐবু সেবা তৌজবদা মহাক তুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ ওইরিবনি।...'

চে অদুগী মথাগী শরুক্তি পুমঙো ঙোই। মসিথক ইরগা মধু-মঙ্গলদু করি খল্লক্লবনো খঙদে মথা ইরমদ্রে।

মধুমঙ্গলগী অরোইবা পাউজেল তানা তানা শিংলী-ঈচেল চপ লেপদুনা লৈত্তে কনাগীস্থ। তশেংনা—তশেংনা মহাক্না নম্বর খাইদগী হেন্না কংগনি হায়বা অসিদা মখোম্ম খুদিংমক্তা চিংনবা লৈনদে।

অদুবু কনানা হেন্না কংগদগে ?

থবক-থৌরম মচা-মত্তদা মখোম্ম খুদিংমক্তা মানা মানা তম্বা মঙংদা হজ্জুবগী মপুকচেল চিংশিন্নবগীদমক খোইনা কম্না হোৎনখিদবা কনা য়াওবগে ?

—অহু ওইরবদি হৌজিক ময়াম্না করি হায়বিনিংবগে ?

হরিদাসকী ৱা অসিদা মখোয় পুম্নমক থংপ্রেক থংবগুমপ্রে।

মখোয়গী হায়নিংঙাই ?

মখোয়না অমুক করি হায়খিগদগে ?

নলিনী হায়ঙম-তৌঙমদবী মুপীমচানি, মহাক্না হাম্না হায়রকই, —ঐখোয়না হায়গদবা ৱাদি পাপুংহলনা মরিক চুম্না ইহিরম্রে, হৌজিক ময়াম্না থম্ন-নৈনবিরো।

কমান চর্জন অমগী মকমদা পুম্নমক অরেম্বনি হায়বা অসি মহাকী অচেৎপা থাজবনি।

—অচুম্বনি, ঐখোয়না হায়নিংঙাই ৱা করি লৈরিবগে ? ডাক্তরগী য়ুমহু মকম অসিদগী কিলোমিটর অহুম লাপ্নি হায়বা অসিদনি ঐনা থগুহঞ্জনিংবা। শান্তকুমারনা হায়রকই।

কামিনী ৱা ঙাংদে, অহুবু ইন্দিতনা মালিস তৌবদা মাগী মথুৎ-মশা হৈরে হায়বা থগুহঞ্জনিংবদনি।

চন্দ্রকান্তনা ঙম্নিবমথৈ কায়ন-চৈথেংগী মমি মায়থোংদা তাহন্দুনা কমহুনা লৈ, পাউথুম পীদে।

মণি ?

মহাক্তি কপ্পদা লেংজুমদা য়াল্লিবা খুদৈ মচাহু পুমচোৎ চোৎলে।

অহুগা সুরেশ ?

মাগী ৱাদি থম্মো, মাগী মরমদা মধুমঙ্গলনা মম্বেক শেংনা হায়-রম্রে। চন্দাল নত্রবদবু অসিগুম্বা অৱাবা মতম অসিদা চিংনবা লৈতনা মপুক্লিং মকালাম্না চুক্রপ থক্তুনা লৈখোক্ত্রা ?

মিনিট থরা তুমিম্না লৈরগা ইন্সপেক্টর হরিদাসনা হায়রকই, —ইনকারি তৌরুগদবা অমগা লৈরি, মকম অহুদা থুনা য়ৌরুদবা য়াদে। লমলোং বাজার ময়াদা ঙৱাং মুমিদাং অথেংবদা ট্রক: মুপা অমা তক্তুনা অমুক্তা সত্তক্তা তাহনা লৈরম্মী।

—হায়বিরিবহু করিনো ? এঃ! ট্রপনা তক্লিবা। উবদা মীওইহু কমদৌবগে ? অদোম উবিব্রিত্রা ?

—কৱিগী উদনি! অমুক অঙনবদা অমুক য়োকহে। মশক খঙনবা উপায় লৈহে, মকোক্তা তকপা ওইরমহে, পুমচোয় তোয়রে। অদুম ওইনমক নুপাদু অচম্বা মী মান্দে, ঈনাক-কৈরাক খুনবা মশক নাইবা মী ওইরমগদ্রা নিংই। কুচু ত্তোই, মুশা ন্নোয়-পেল্লি, মোজা-ফুরিৎ নিমাই অদুগা ফুরিৎ পুময়াৎ লিৎলি।

—মানি, মহুমক্কি এখোয়গী পাবুংহল।

ঈকাই-ইকী থাদোক্তুনা কামিনী খোজেল খোক্তা কপখৎলক্লে।

হরিদাসনা পুলিশকী ওইবা কায়দাদা হায়রকই,—মখুৎ ওইদা খুদোপ অনী অদুগা য়েন্তা অহুম শি।

—মামা নত্তনা অতোপ্পা কনাম্বু ওইরম্লোই। হে ঈশ্বর মমৈ-খংদা শমশি শিরবা!

চন্দ্রকান্তনা রা মখা তাবা অমুক ওমজে, শুপ্নগী নুংশা মপী হন্না হন্না হোল্লকই।

হরিদাসনা মখা শমথত্তুনা হায়রকই,—ফুরিৎখাওদা রেশমগী রুমাল য়াওরম্মী, অত্তাংবা লৈ লোল্লি।

—রুমাল অদুনি! নলিনী রাস্থবগুমখে, হায়রকই,—ওম্মোক-পনি! হো পাবুংহল, অদুক হাক্তা নমোম্বু নুংশিবিহুনা ঐনা লোনবা রুমাল মতম চুপ্পদা থাদোকপিদবোইদকো!

নলিনী রাস্থহুনা চেয়ারদগী ওহক্লনা লৈমায়রদা তাখে।

—মামাগি মহুল খংদা ওম্বোক্রা অমং চাগিংগ্রেদ'। অদি হায়রগা সুরেশনা মখোঙ হাইহুনা চুক্কপা মচৈ অমা ওক্লকই।

চন্দ্রাল অলিম্মি রা কনানা তাখিপদগে?

হরিদাসনা মরামদা অমুক্তং য়েংলগা হায়রকই,—লিঙ্কিনা-সুপা অদু অত্তা মধুমকলনি হায়বদা চিংনবিব্রক্ত্রা?

—মহুদবু অমুক হাবনিংঙাই লৈচিন্না? ঙাম্লনা ন্নাকপিঙিন্না চুপ্লিংবকা চপ চানগ্নিবসিদি?

—অদু ওইরবদি মশক য়েংবা ঙংশিমচবাইন্না?

—মশক য়েংবা ? মশক কমদোনা য়েংবা য়াগদগে ? হায়বিরিবহু চানরবনিনা অমুক মানি-নত্তে য়েংবা চৎলুবগী দরকার লৈত্রে।

—অদুম ওইনমক মশক খঙবা ওম্বরা অমুক্তদি য়েংবিরুখো।

—মশক য়েংবা! নিংবা কায়বগী খোম্থোক্তা চন্দ্রকান্তনা পাউথুম পীরকই,—পুম্সি অসিদা মাগী মশক অমুক হন্না উবা ফংখিগদ্রা? মকোক্তা ট্রকী চাকানা তক্লুনা মকোক চেংপাক শাগ্রবনি।

—হাইগধা! লাও নঙগী নকোক্তু চেংপাক শাহনগে!

খঙহৌদনা থংনবা কাগী থোঙ হাংদুনা মধুমঙ্গলগী ভূতনা ঙংলকই।

—ভূ—ত! ভূ—ত! ই—মা—ই—মা—

চন্দ্রকান্তনা পাখৎনা লাউরকই।

রা ওাংবা লোয়খিবগা সুরেশনা কেনগী অরোইবা কাওবা লৈখৎলকই, অদুগা থৌ-রা শাদবা মওংদা হায়রকই,— কি-রোল হোংদোকপিরুরো মামা, অঙাং শাবা হেনমল্লে। যঙ্গোলদা অহিং চুপ্পা লোৎতুনা লৈরুরিবহু তনবু তন্দেনে?

—অহিং চুপ্পা ঐ যঙ্গোলদা লৈরুই হায়বা কনানা নঙোন্দা হায়বগে?

মধুমঙ্গলনা ঙংদুনা হায়রকই।

—ঐঙোন্দা কনানা হায়গদগে? ঐ ইশামা অদুম খঙজবনি মামা।

হরিদাসনা সুরেশতা হংলকই,— অদোম্না যঙ্গোল্লোমদা থিবা চৎপিরুবা ওইরিনিনে?

—যণশিংদু কনা শিংদুনসু হৌজিক কাওবা মমল য়াম্বা চুরুপ থকপা হৈত্রি। অদুবু থকপা কুইত্রিবা চুরুপ মতেক য়াম্না তাহৌই। মদুগী চুরুপ মখল অদুদি মামানা য়াম্না পাম্না শিজিন্নরিবনি। করে, অদোম্বু মনুংগী রা করিমতা খঙবিদব্রা?

ইন্সপেক্টর হরিদাসনা মধুমঙ্গলদা য়েংদুনা থিক থিক নোকখোরক্লে, হায়রকই,— ট্রকী রারীহু ওরাং মুংখিল আজ্ঞানা ঐঙোন্দা

লিবিরম্লে. অদুবু মহু চিনক্ষ' পুনবা হোৎনবদা অরাবা অমা ওইখি। ঙাইহাক্তং লৈম্বগা ঐনা হায়দোকখি,—সিঙ্কী পূময়াৎ, লৈ অঙাংবা লোনবা রুমাল—

—মহুদা করিস্নু কায়দে! মখোয় কায়ন-মৈশা লাংদনা তোক্লোই। ঐবু মখোয়না অঙকপা ফংনা সুংশিবননিদবা!

শকফম হুঞ্জিম্না মধু ঙ্গলনা হায়রকই।

হরিদাসনা অমুক নোক্লকই, হায়রকই,— মহু ঐসু খঙজরে। অদুবু আজ্ঞানা অসিগুম্বা রাখল খনবিরকখিবগী মরম তাকপিবা য়াগদ্রা ?

মধুমঙ্গলনা হায়রকই,— অসিগুম্বা রাখল খল্লকখিবগী মরম? চাংয়েং অমা তৌননবনি। চাংয়েং নিংথিনা পাংথোক্লে। ঐ ফনা নিংথিনা এক্সপরিয়েন্স তানশিল্লে। ফরে, ইবুংঙোগী মাংদা রাফম পূম্নমক তম্লগে,— ঐ বৃন্দারন্দা বাস তৌদুনা লৈরুনিংবগী অপাম্বহু য়াম্না কনখৎলক্লে। অদুবু অচৌবা অপনবা অমা ঐঙোন্দা ওইর-রিবদি ঐগী সম্পত্তি মম্নাম অসিনি। সম্পত্তি নত্রগা হূ— পোৎ অসি কনাদা পীরমগদগে? পূম্নমক উবিরেদনা? ঐবু অস্তুক হাক্লা সুংশিবিবা অসিদা ইশানা পাম্না মখোয়গী মথক্তা হূ অসিগী মৈচাক পীরম্বা পামজ্রে। অদুম ওইনমক হোয়— হৌন-খঙদবা অসি, হেক উবদা খোইদৌ শাঊগৎপা মাগী মঙকশমদা কোঙ্গোই হুকচিনবিরম্লগে হায়না খল্লে।

রা ঙাংবা লোইখিবগা লোয়ননা সুরেশনা ফুক হৌগৎলক্লগা মথুৎ লোমহুনা হায়রকই,—ঐবু ঙাকপিয়ু মামা, মহু ওইরবদি মখোয় অসিনা ঐঙোন্দা অমুক সুংশিবিবা হৌয়ক্লগনি। মহুগী শরুকপূদি অকবা থবক্তৌদমক্তা দান তৌথোকপিজ্রো লৈত-লাইয়থশিংগী অরাবা খরমখৈদা ওইরবস্নু কোক্লজনবা।

# দেবপ্রিয়া বিম্বাবতী : সীজ-লাই-ওভবী

শ্রীসীতারাম মুখোপাধ্যায়

ভাগাবতী, রাজকুমারী বিম্বাবতীগী অতোপ্পা মমিং অমনি। তশেংনা, অমুক হাক্না লাইবককববু মী কয়ানা কংগদগে ? নিংথৌকোলদা পোকপীনি, নিংথৌগী মচা-ইবেম্মনি, মশক কজবা অতুক মগুণস্মু লৈ, শ্রীগোবিন্দগী ইচ্ছাতনা মসি ওইখোক্লিবনি। মৈ ইক্লবা সনাগী মতৌগুম হকচাংদা মঙাল লৈ। নীংথিজরবা পীগুম অনীগী মখাদা থম্বাল লৈনাগী মতৌগুম্বা মিৎস্না অমীগী কারক্তগী কজরবা নাতোন হায়থপ্রি। মমিৎ অনী অহু শক্তি অমোমগী মিৎতাগুম্মী, মুক্তা খিনবগুম্মী ঙৌরোক ঙৌবা য়া পরেংহু। থম্বৌগুম্মী পাম্বোম্ন, নীংথিজরবা খুবোম্না লফু পাম্বী অনীগুম্মী! চামরগী পাংথক্লি শম্নাংনা, মখাং চেংতক তৌই। মশক উবদা মিৎকম হোংবা গুমদে, মরাহৈ তাবদা পূক্লিং তুথুকই। মসিমক হায়বা তাবনি রাজকন্যা বিম্বাবতীবুদি— লাইবক ফবা, শকহেনবা, গুণ চেনবনা অমত্তা ওইনা তিল্লরবনি। স্বভাবকী ওইনা ঈংই, তপ্পী, ধর্ম্মবু চেৎনা থাজৈ, লৌশিং চাওই। লোনচৎ কজৈ, বিচার চুম্মী:— রাহৈ অমদা হায়ববদা রাজকন্যা অসি অমকপা পাক্লবী প্রকৃতিনি। শিল্পগী থবক মখল মখলদস্মু মহাক মপুং ফানা হৈ।

মচা-ইবেম্মগী মশাগী চহী নিপাল লানথৎখিহুনা মাপল চঙলক্লে। মুপীদি নিপালদনা গৌরীনি, মাপলদনা রোহিনীনি। লৈবাকী চৎনবী মতুং ইন্না লুহোংবা য়ারবা মতাঙনি। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা রাকম অহু খল্লম্মী। অহুবু মহাক্না কনাদা লুহোংবিগদগে ? রাজকন্যাদি শ্রীগোবিন্দগী মকমদা থম্মোয় কৎখোকচহুনা রাধা মূর্ত্তি নিরূপণ

তৌবা মতমদগী হৌনা মহাক্না গোবিন্দগী মকমদা মথরায় লাপ্থোক-চপ্লবনি। অগোয় রাস কৎলবা মতুংদগী অহিং খুদিং "হা গোবিন্দ, হা থরায়গী মবুংঙো গোবিন্দ" হায়দুনা কপতুনদা লৈরম্মী। শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংজনবগীদমক মহাক্না শ্রীমতী রাধারাণীগী চরণদা মরায়বক শুরম্মী, অদুগা হায়রম্মী,—

তোমা কৃপা নাহি হয কৃষ্ণ নাহি পায়।

নিজ দাসি গননে মামপি গনয়।

( নহাক্কী থৌজাল য়াওদনা কৃষ্ণ ফংলোই। অদুনা নহাক্কী ননাইমুবীশিংদা তোল্লবীবু চলহনবিয়ু ।)

যুগল মূর্ত্তিগী মাঙদা প্রার্থনা তৌরম্মী, "হে গোবিন্দ, হে রাধারাণী, নখোয়না ঐবু নখোয়গী মনাইনুপী ওইহনবিয়ু, ঐহাক নখোয়গী সেবাদা পুল্সি কথোকচগনি। ঐগী ইপানা নখোয়গী চরণ সেবা ফংজনিংই, নখোয়না ঐঙোন্দসু থৌজালবিয়ু"

মপাবুং ভাগ্যচন্দ্রনা মচানুপীগী মঙং-মতৌ উবদা চিন্তা পুরম্মী। রাজকন্যানা সনা লুপা মিহৌদে, পামজরিবদি শ্রীরাধাগোবিন্দগী দাসী ওইবনি। মপাবুংনা খঙজবা ভয়ম্মী, মহাক্কী মচানুপী তাইবং-পানবগী থৌদাং ভাক্নবা পোকপনি। অদুনা মহাক্না রাধা-গোবিন্দগী মকমদা থম্মোয় কৎথোক্লিবনি। পান্দম অদুগী মতুং ইন্না মহাক্না—

কন্যালয়া একদিন গোবিন্দাগ্রে গেলা।

নিজ কন্যা গোবিন্দকে তেহো সমর্পিলা।

( মচ-ইবেম্মা পুদুনা নোংমা গোবিন্দগী নাক্তা চৎলম্মী। মশাগী মচানুপীবু গোবিন্দগী মকমদা কৎথোকচখি।)

মহাক্না গোবিন্দগী নাক্তা চঙশিল্লগা হায়জরম্মী, "হে প্রভু, নহাক্কী শ্রীচরণদা ইচানুপীবু কথোকচরবনি। ঐদি লাইর-অনংবনি, পাপীনি। মদুনি হায়দুনা মহাকপু করিগুম্বদসু থাদোকপিগনু। হে সুবদনী রাধারাণী, নহাক্কসু তোল্লবা ঐগী ইচানুপীবু নহাক্কী দাসী ওইনা লৌশিনবিয়ু নখোয়গী সেবাগীদমক। মতিক মন্নামক্তদা ঐনা

বিম্বাবতীগী লৈননবা য়ুম শাবিগনি। মকম অদুদা লৈদুনা মহাকপু নখোয়গী সেবাগী থবক্তা তশেংনা চঙ্গহনবিয়ু।"

রাজা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুর মনাক অদুমক্তদা মহাকী মচানুপীনা লৈননবা য়ুম শাহনখি। বিম্বাবতী মশামক্তা শ্রীমণিপুরগী থবক পুম্নমক শু-নোমদুনা অয়ুক-নুংথিল লেপ্লম্মী। লৈ অমসুং তুলসী পত্র হেকই, চন্দন তকই, শ্রীবিগ্রহশিংগীদমক লৈ-পরেং লেংই, অতৈ থবক কয়াসু রাধাগোবিন্দনা পেনবিনবগীদমক তৌই। অদুবু অহীং ওইরক্লবদি শ্রীগোবিন্দ কায়নবগী কপ্লম্মী, গোবিন্দ দর্শন ফংজনিংবা হেনগৎলকই অমসুং 'হা গোবিন্দ, হা গোবিন্দ' হায়দুনা কপ্লম্মী।

নিশি নিশি ভাগবতী অনুরাগ ময়।
কান্দি কান্দি শ্রীগোবিন্দ দর্শনাকাঙ্খা হায়।
হা গোবিন্দ প্রাণহরি মোর মন।
না দেখিলে নাহি রবে রবে কি পরাণ।

অহীংগী মতমদা রাজকুমারীনা কপ্লম্মী অদুগা হায়জরম্মী, "থরায়গী মবুংঙো, কৃপা তৌবিয়ু দর্শন পীনবিয়ু নত্রবদি থরায় পুঙমদরে। ঐদি পাঙ্গল শোনবীনি, চমজবীনি—নহাক্কী শ্রীচরণদা থরায়-হকচাং পুম্নমক কথোকচরবনি। নহাকপু ফংজগনি হায়বগী আশাদা করিগুম্বা মওং অমদা হিংলিবনি। অদুবু নহাক্না করিগুম্বা থৌজালবিদ্রবা, দর্শন ফংহনবিদ্রবা, মদু ওইরবদি পুন্সি অসি থাদোকপা হায়বসি ঐগী ফিরেপ্নি।"

মতৌ অসুম্না রাজকন্যানা অচৌকপা কয়া অহীং লেপ্লম্মী। লেপ্লম্মী কপ্না কপ্না। মমৈথংদা শ্রীগোবিন্দনা থৌজালবিরক্তুনা অহীংদা বিম্বাবতীগী কাদা চঙলক্তুনা মঙোন্দা দর্শন পীবিরম্মী। শ্রীগোবিন্দবু বিম্বাবতীগী অচেৎপা অনুরাগকী লৌচিংনা চিংশিনখি, অমকপা পক্তবা প্রেমদা শুমহৎখি—মহাক্না অহীং খুদিংমক্তা রাজকন্যাগী কাদা দর্শন পীবিরৈ। রাজকন্যা বিম্বাবতী হৌজিক তশেংনমক লাইবক ফবী ওইরবনি, মহাক গোবিন্দগী চান্নবী ওইখ্রে। মীনা অহীং কয়াদা রাজকন্যাগী কাদা নহা ওইরিবা মুপা অমা লৈবা উরম্মী অমসুং মী

অমগা অমগা রাকম অহু হিবোন চিবোন ঙাংনরম্মী ! রাকমহু মমৈথংদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা-মাকোং য়োৌখি। মচানুপীগী লমচৎকী মরমদা মীনা নিংফুং নিংফুং ঙাংন-শক্লরিবা অহুনা নিংথৌবু থকৎহল্লম্মী অমসুং থম্মোয় মৈশা লাংহল্লম্মী। ঈকাইবনা মথরায় রাবনা মহাক্না অশেংবা রাকম খঙদোক্লবগীদমক মতীক চাবা থৌরাং তৌরম্মী। ঙাক-শেনব-শিংবু চেৎনা ঙাকহল্লম্মী। ঙাক-শেনবা অমনা পাউ পীরম্মী,—"অহিংদা নহা ওইরিবা নুপা অমা শঙলেন অহুদা লৈহৌই। মচা-ইবেম্মগী কাদা চঙবদা মিৎনা শং-শং উজরক্লবনি।"

নিংথৌনা অঙম-অথৌ লোয়নহুনা শঙলেন অহু কোয়শিল্লম্মী অমসুং কোম্নুংগী নুপী ময়াম য়ুমহুদা থাজিল্লম্মী। অহুবু কদায়দা চৎথ্রবগে পাখং অহু ? কা শিন্না নম্নিবসি কনাগী হকচাং মনম্মো ? কনাগী বাঁশীনো, কনাগী কোকয়েৎনো, কনাগী ঙকশমদা শিবা লিক্লাং পরেংনো অমসুং কনাগী লৈতেংশিংনো রাজকন্যাগী কমুংদা লৈরম্নি-বসি ? তুলসী, থম্বাল অমসুং চন্দনগী মনম্না কা পুম্বা পুমথন থল্লি। কনাগীনো হায়বা খঙলকপদা থিম্হুরমদে, মসি গোবিন্দগী লীলানি হায়বা। মখোয়বা শ্রীগোবিন্দগী মণ্ডিরদা লাকপদা উরম্মী, শ্রীগোবিন্দগী খুত্তা বাঁসী য়াওরমম্রে। কোক্তা কোকয়েৎ য়াওরমম্রে, ঙক অমসুং হকচাংদা লৈতেংলম্বা লীক-কোন অমতা য়াওরমম্রে। নিংথৌ, প্রজা, অঙম-অথৌ অমসুং শঙ্গাইগী নুপীশিং পুম্নমক্না খঙবা ঙম্রম্মী, শ্রীগোবিন্দ-মক্না রাজকন্যাবু থৌজালবিরে হায়বা। বিম্বাবতীগী শক্না গুণনা স্বভাবনা অহুগা প্রেম্না গোবিন্দগী থম্মোয় জয় তৌখ্রে— মহাক গোবিন্দগী চাম্নবী ওইখ্রে।

মহুদগী হৌনা দেবপ্রিয়া মিংথোন কংখি মহাক।
য়ানখি, গোবিন্দগী ইচ্ছা মতুং ইম্না পোক্লকপনি মহাক।

গোবিন্দদা থম্মোয় কথোকচরবী বিম্বাবতীবু মতম অহুদগী হৌনা পুম্নমক্কী থম্মোয়দা লাইয়েম্বী ওইবগী ইকায়-খুম্নবা কংখি। মীনা হায়নৈ, মহাক মণিপুরী মীরাবাইনি। মহাকপু নীজ-লাই-ওইবী হায়না খঙনখি।

[ বীরভূমগী শ্রীসীতারাম মুখোপাধ্যায়গী বাংলাদা ইবা "রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র", ১৯৭৫ দগী মতেক অমা মণিপুরীদা ঐনা হন্দোক্লগা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী চহী ২০০ শুবগী কুমওনগা মরি লৈননা কোওখিবা 'রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র/নীংশিং চেকোও' দা হাপখিবদগী লৌথোকচবনি। ]

## শরৎচন্দ্রগী ৬২শুবা মপোক নুমিৎকী ভাষণ

(১)

বেতার (আকাশবাণী) প্রতিষ্ঠানগী মুংশিজরবা মরুপশিংনা কৌবিরক্লুনা চহী খুদিংগী ঐহাক প্রতিষ্ঠান অসিদা লাকই। ঐগী ইপোক নুমিৎকী থৌরমদা মরুপ-মপাংশিংনা থৌরাং অসি শিনবিদুনা চহী খুদিংগী পাংথোকই। হন্দকসু অদুনা ৬২শুবা চহীদা খোওদারকপদা ঐগী ইপোক নুমিৎকী থৌরমদা ময়ামগী আশীর্ব্বাদ লৌজক্লিঙৈগী মমাংদা ঐগী গুরুদেব বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ— অয়োক-নাহে চন্দুনা ওসি কমুংদা য়াতাদুনা লৈরিবা মঙোন্দা থুরুমজরি। জগৎ অসিদা সাহিত্য সাধনাদা মহাক্কী আশীর্ব্বাদ, মসি ঐগীদা নত্তে, সাহিত্যকার খুদিং-মক্কী অথোইবা লন্নি। অদুগুম্বা আশীর্ব্বাদ অদু ওসি নুমিৎ অসিদা মহাক্না তাবা কংব্রবসু ঐনা নিদুনা লৌজরি।

মকম অসিদা লাক্লুনা পুনবিররিবশিংসি শুপ্লগী সাহিত্যখক্কুগী নত্তে, ঐখোয় অমগা অমগা তাথোক-তাশিন মখল মখল তৌনরিবা মরক্তা মখোয়না ঐবু তশেংনা নুংশিবি। ঐনা মখোয়বু নুংশিজে, ওসি ঐঙোন্দা আশীর্ব্বাদ পীবিনবগীদমক পুনবিরবশিং।

ময়াম্না তাবিরমগনি, সাহিত্যগী খুথাংদা ঐনা বাঙলাদেশতা করিগুম্বা খরা দান তৌজরপ্পা ওয়বগীদমক অদুগা ঐবু নুংশিবিবগীদমক ঐগী পুক্নি-নুংশাংবা মখোয়না থৌনিবিরি। ওসি চহী ৬২ চংলকপদা

খল্লিবনি, পুন্সি শাংবা মীওইবনা তশেংনা পাম্লত্রা হায়বা। ঐগী পুন্সি শাংননবা থৌনিবশিংগী মরক্তা শুপ্নগী সাহিত্যকার অমথক্লা হায়বা তাখি, মহাক অহু হেমেন্দ্র রায়নি, মহাক্লা ঐগী সাহিত্যিক-পুন্সি শাংননবা থৌনিবিখি, শুপ্নগী ঐগী পুন্সিথক্তুং শাংননবা মহাক্লা থৌনিবিখিদে। পোৎ অসি ঐহাক্লা য়াম্না পামজবমক থোকই। হোয়, করিগুম্বা সাহিত্যকার ওইনা বাঙলাদেশ অসিদা খজিক্তুং দান তৌজবা ঙম্লবগী শক্তি অহু ঈশ্বরনা পীবিরম্বা থোক্লবা অহুগা মহুগা লোয়ননা করিগুম্বা পুন্সি শাংহনবিরবদি য়ানিংদবা লৈতে, অহুবু করিগুম্বা মহু নত্তহুনা লায়থুং পান্দুনা উতুপ তাবগুম ফমুংদা হিপতুনা লৈবা তারবদি মহুগুম্বা পুন্সি অহু কনানম্হু পাম্লোই, মরুওইনা সাহিত্যকারনদি।

মমিৎ খরনিগী মমাংদা ঐহাক অকনবা লায়না'মা নাক্লরে হায়বা মরাম্না তাবিরম্লগনি। ঐ হৌজিক্তি অহুগুম্বা ফিভম অহু নত্রে, অহু ওইরবস্তু হকচাংদি তশেংনা পুন্সিগী ওইনা শোম্হত্রে, অম্হুম্না চহী থুদিংগী বেতারগী মরুপ-মপাংশিংনা তাকপিরকপদা লাকপা ঙমগনি হায়বা আশা তৌরুবা ঙমত্রে। ঐ ইশাগী সাহিত্য-সাধনাগী রাকমদি ইশানা পল্লুবা য়াবা নত্তে। ইঙ্গিত অসিদংদি পীজবা ঙম্মী, অরা-অনং কয়াগী মরক্তা সাধনা অসি তপ্লি তপ্লি চংশিল্লকপনি। ঐহাক সাহিত্য-কার ওইরক্তনি নত্রগা ঐগী লাইরিক করিগুম্বা নুমিত্তা কোঙলক্তনি হায়বা করিগুম্বা নুমিত্তস্তু থনখিদে। মহুদা নত্তনা, ইজবা খরগুম্হু নিংজিং-মাংজিংনবনা, চিংনজবনা অতোপ্পগী মিংদা কোঙখি। মহুগী মমল করিগুম্বা খরা লৈরক্ত্রা লৈরক্লোইদ্রা হায়বা ঙম্লমদে। অহুগী তুংদা মতম য়াম্না শাংনা, চাউরাক্লা চহী ১৫/১৬ সাহিত্য নৈনবগী মনাক ফাওবা নকউদে। ঐ মতম অমদা ইরম্মী হায়বা শোয়হুনা ফাওবা নিংশিংলুদে। অহুগী তুংদা অরা-অনা কয়াগী চৈথেং মরক্তা ঐহাক পুন্সি লেনবা অমুক হৌরম্মী; মসিমক অশেংবা মখলগী পুন্সি হায়বহু ওইরমগনি। ঈশ্বরনা অথম্নবা অসিগুম্বা পুন্সি অসিমক ঐগীদমক তম্বিরকপা ওইরম্বা য়াই। অহুনা ইশানা পামজদহুনম্হু

হঞ্জিন-হঞ্জিন মসিগী মনুংদা ঐহাক চহী ৬০ লেনবা তাখি। অচুম্বনি, ঐ মরুপ-মপাং ময়ামগী মরক্তা মতম শাংনা লৈরবসু লৈত্রবস্থ ঐগী রা অসিদি ময়াম্না মরক মরক্তা নিংশিংবিরকনি, অরা-অনা কয়াগী মরক্তা ঐগী সাহিত্য-সাধনা তপ্না তপ্না অপনবা নমহৎতুনা চংশিল্লম্মী হায়বসি। মসিগী মরক্তা ঐগী রা তাবিরিবশিং, মখোয়গী মরক্তা করিগুম্বা কনাগুম্বনা সাহিত্য নৈনবিরবা, মরুওইনা সাহিত্যিকী লম্বীদা মহাক্না খোঙদাবিরনা, অদু ওইরবদি রাক্ষম অসি মহাক্না মতম খুদিংমক্তা নিংশিংগনি, মসি করিগুম্বা খরা খুদক্তা শৎ হেক্তা শাগৎপা য়াবা পোৎ নত্তে হায়বসি।

অনুষ্ঠান অসিদা ঐহোন্দা তাকপিরক্লুনা য়াওহনবিরিবা মখোয়গী মকমদা চহী খুদিংগী তৌবিমল শঙবা উচ্চরক্লিবা অদুগুম্না হন্দকসু মখোয়গী মকমদা নুংশিজবা উচ্চরি। সভা অসিদা তীনবিরিবা মরুপ-মপাংশিং দয়কার ওইদ্রবসু মখোয়গী মকমদা অমুক্তা হেন্না ঐগী নোল্লুকপা, ঐগী নুংশিজবা কোঙদোকচরি, মসিদগী মখোয় করিগুম্বা নুমিৎতম্ব লৈথোক্লুনা লৈথোকপিখিদসনু, মখোয়গী মকমদগী ঐনা কংজরিবা পোৎ অসি হিংলিবমখৈ কংহনবিয়ু— মতৌ অসুম্না লেঙবিরক্লুনা ঐহোন্দা থৌনা হাপ্পিহুনা ঐহাকপু ধন্য ওইহনবিয়ু।

ঐনা ভাংবা তাবিরিবশিংগী মকমদসু ঐনা প্রার্থনা তৌজরি, হেমেন্দ্র রায়না হায়বিখিবা রা অদুমক মহৈ য়ান্নবা— ঐগী সাহিত্যিক-পুন্সি শাংননবা, মহুদি নত্তনা শুপ্পদগী পুন্সি শাংবগুম্বা লাইবক থিবা থোক্তুনবা।✪

---

✪ শরৎচন্দ্রগী ভাষণ অসি রেডিওগী খুথাংদা শন্দোকখি অমসুং কলিকাতা বেতার কেন্দ্রনা মহুগী রেকোর্ড থম্মী। 'দীপালি' চেকোঙদা বঙ্গাব্দ ১৩৪৪ গী রাকচিংগী তারিখ ২০ দা কোঙখি। মহু মৈতৈলোলদা হন্দোকচবনি।

ঙসি লৈবাক্কী য়াম্না রাবা মতম্নি। ঙসি ঐখোয়গী কবিগুরু রবীন্দ্র নাথ নাহ্নুনা লৈরি। ঙসিগী নুমিৎ অসিদা ঐগী ইপোক নুমিত্তা অসিগুম্বা হরাও-তম্নাম্বা ঐহাক পামজরমদবনি। অদুবু নখোয়না কৌরকপা, নখোয়গী সেক্রেটরিনা হায়জরকপা ঐনা ঙাকপা তাখি, ঐদি নোংমনা কল্লি, নোংমনা শোইন্থ— ঙসিগী থরানগী তারিখ ৩১ (মণিপুরগী থবানগী মতুংইন্নদি লাংবন্নি) অসি অমুক হল্লকখিদবা ·/ ঠ। মরম অদুনা লাকপা তাখিবনি, নখোয়না কৌরকপদা ʃ ɔ' ক্লাকপা ঙমখিদবনি। ৬১ অহু হোৎেক্র—করিস্ু তৌহৌবা ঙমহৌদে। ”ঙদে ৬২ অসিস্থু করি-কমদৌনা লেনখিগ'দগে, করিগুম্বা থরানগী তারিখ ৩১ অমুক হন্না হল্লকপা থোক্লবদি নখোয়গী নাক্তা শোয়দনা লাক্কনি।

নখোয়গী নকমদা রাইহ অনীদং হায়গে লাক্লিবন্নি। বাঙালী য়াম্না পিকথরক্লে। হান্নদি বাঙালী পুম্নমক অরাং-অরাংবা কম পায়নরম্মী, অদুবু ঙসিদি মতম অহু নত্রে। হান্নদি বাঙালীগী চাউখৎপগী যুগ ওইরম্মী, অদুগা ঙসিদি বাঙালীগী অকা-অপূনগী যুগ ওইরে। ঙসিগী বাঙালীদি পুন্সি-লানকমদগী লৈথোক্লখ্রে, ঙসিগী বাঙালীদি লমুক্লরে। নখোয়গী নকমদা হায়জগদবা হায়ববু, নখোয়গী লৈবাক্কী গুণ চেনবা অমদি অথোইবা মীশকশিংবু মতম খুদিংমক্তা ঈকাইখুম্নবদা লিকশিল্লুনু। রাকম অসি মতম খুদিংমক্তা কাউগন্নু, মতুদা গুপ্নগী মখোয়ভবু ঈকাই-খুম্নবা নত্তে; অদুবু অসিগুম্বা ঈকাই-খুম্নবা উৎপদা লৈবাক্কী মীওইশিংগী মগুণগী মতিক-ময়াই খঙবা ঙম্মী, অদুগা লৈবাক'চাশিংদা মহাক অদুগী গুণগী মরমদা নিংশিংনবগী খুদোংচাবস্ু কংই। কনাগুম্বা মীশক্কী আলোচনা তৌবহু ঐনা কৈদৌসুংদস্ু নিন্দা তৌবনি হায়না খল্দে। মতুনা থোইদোক্লহুম খন্ন-নৈননিংঙাই ওইরিবা মীশক্কুবু হীরম কয়াদা খঙবা ঙম্নবা হোৎনবদা

ওই। মত্তিক চাবা সমালোচনাদি মতম চুপ্পদা থাগৎনিংঙাই মশক ওই। অদুবু সমালোচনা অসি তৌবদা করিগুম্বা মীশক্তুদা মওং-মওং ক্যয়াদা হকথেংননা লান্দাবা থোক্লবদি মতুদগী হেনবা অৱাবা অমমুক লৈত্রে। অসিগুম্বা লান্দাবা অসিদি মীবু হুন্দুনা ঙাংবগী মশক ওই। হৌজিক কালসি বাঙলাদেশতা মরুওইনা মী হুন্দুনা ঙাংবগী খুদম উবা ফংই। নোংম নোংমগী মী হুন্দুনা ঙাংবগী হূগী মশক ওইরবা মহৈনা বাঙালী-সমাজবু পঙথবগী লায়না চেলহল্লে।

নখোয়গী নকমদা ঐনা অমুক হন্না হায়জরি, অসিগুম্বা রাখল-লোলসি নখোয়গী থম্মোয়দা চেন্দবা ওইসনু।

ঙসিগী ওইনা নখোয়গী নকমদগী বিদায় লৌরগে। ●

---

● স্কোটিশ চর্চ কলেজদা শিনখিবা ৬২ শুবা মপোক নুমিৎকী থৌরমদা বঙ্গাব্দ ১৩৪৪ গী থৱানগী ত্যরিখ ৩১ দা 'বাংলা সাহিত্য সমিতি' না পীখিবা অভিনন্দনগী পাউখুমদা শরৎচন্দ্রনা পীখিবা ভাষণনি।

## (৩)

ঐগী ইপোক নুমিৎকী থৌরমদা কলেজগী থৌবুরেল প্রিন্সিপাল মশামক লেঙশিনবিরি, নখোয় ছাত্র-ছাত্রীশিংমু তীল্লে ; নখোয়না ঐগী পুন্সি শাংননবা থৌনিবিরি, ঐবু হয়াওহন্নবগীদমক ঐগী লাইরিক্কী নাটক্কী শরুক থৱা থৱা অভিনয় উৎলি। মসিগীদমক নখোয় পুম্নমকপু ঐগী নুংশিবা চানবিবা ফোঙদোক্লি। ঐবু পেলহন্নবগীদমক ঙসি নখোয়না মখল মখলগী থৌরাং কয়া তৌরি— নখোয়গী থৌরাং খুদিংমক থম্মোয় শেংনা লৌশিল্লি, অদুবু হকচাং নুংঙাইতবা অদুগা অহল ওইরক্লবা অসিদা নখোয়গী থৌরম খুদিংমক্তা শরুক য়াননবা য়াম্না কুইনা কমদুনা লৈবা ঐগী ইকমদা ওইথোকপা নত্রে। অদুনা নখোয়গী অভিনয়গী মরক থৎনা হায়জবা তারিবনি— ঐবু থাদোক-পিরো। পূং অহুমদা থোরকপনি, strain য়াম্না ওইরে, হকচাংসি থোইদোক্না নুংঙাইতে। চহী য়ামথৎলক্লবদা অরেপ্পা করিস্নু লৈতে।

করিগুম্বা সুমিত্তনা হকচাং নুংঙাই, করিগুম্বা সুমিত্তনা নুংঙাইত্তে। ঙসিদি খুদোংচাবা ফংই, নখোয়না ঐবু থবানগী তারিখ ৩১ দা বিদ্যাসাগর কলেজদা লাক্নবা হায়খি, ঙসি ঐনা য়ারিবসি মসিগী-দমক্তনি, মথংগী চহীদা অসিগুম্বা খুদোংচাবা অমুক ফংগদ্রা ফংলোইদ্রা খঙবা নত্রে। নখোয়গী নকমদা থঙহনববু হায়রে, হায়জববু হায়রে— নখোয়না চাউরক্লবা মতম অদুদা ঐখোয়গী মিং নখোয়গী মাংদা লৈখিগদ্রা লৈরোইদ্রা খঙদে। লৈবাক্কী অপাম্বা মতম অদুদা অদুক্কী মতিক হোংখিগনি মদুদি, নখোয়না মচুশিংদু (লাইরিকশিংদু) পায়ররোই— মসি ঙব্লিংঙাই ওইবা নত্তে। তাইবংপান্দা অসিগুম্বা কয়া থোক্লি, থোক্লকই, মদুশিংদু অরিবা লাইব্রেরিদা তাদুনা লৈগনি, মীনা থাগৎনগনি, অদুবু পাবদি পারোই। বাঙলাদেশতা অথাবা লাইরিক কয়াগী লাইবক্তা মদুম্না থোকখ্রবনি, ঐগী লাইবক্তসু মদুম্না থোক্লবা য়াই। করিগুম্বা মদুম্না থোক্লবা থোক্লবদি ঐনা মদুবু অরাবা নুমিৎনি হায়না লৌরোই। ঐনা পূর্নিংদা লৌগনি, লৈবাক্কী সাহিত্য অসুক হাক্লা রাংখৎখ্রে, অসুক হাক্লা ফগৎখ্রে, অদুনা মসিদি মদুগী মফমদা খজিক-থরাকহায়বদু ওইরবনি। বাঙলা-দেশতা মী অমা-অনীখক্কী পুন্সিতনা রাংবা নত্তে। রাংলিবদি জাতিগী ওইবা সাহিত্য অমদি লোলনি। হীরম অসিদা হোৎন-রিবা অদুক্কী মতিক চাউখৎহনবা ঙম্মী,— ঙম্লবা য়াই, মদু নৎলম-দ্রবদি মী অসুক য়াম্বনা ঐবু সুংশিবিরম্লোই— সুংশিবি, মদু নংলম-দ্রবদি,— থনসি, অমুকসু চহী ২০ গী তুংদা— মদু ওইরবদি মদু লোলগী মফমদা লাইরবনি হায়বা য়ারোই। মদু ওই নিংবা ওই-জরসনু, ইশাগী লৈজবা শক্তি অদু শিজিন্নরবনি, লৈজবা আয়ু অদু হিংলবনি। নখোয় খুদিংমক্তা আশীর্ব্বাদ তৌদুনা হায়রিবসিনি, বাঙলা —জ্ঞান তারকপদগী হৌনা নখোয়না ঙাংলক্লিবা লোল অদু নখোয় খুদিংমক্কী নমালোম্নি। মদুদা নখোয়না করিগুম্বদসু থৌওইক্লদবা তৌদনবা; মসিবু নখোয়না পাকথোক-চাউথোক হন্নবা। মীয়াম চংদুনা হোৎনরবদি পোৎ অমা পাকথোক চাউথোরকই; মদুগী মম্লক্তা তোমখিন ওইনা মী অমা মচিন তুমখৎলকই। মী

য়ারেং থম্বা

অয়াম্বনা সাহিত্যবু নুংশি, মহুগী সাধনা তৌরি, মখোয় হৌজিক অরুবা লৈরোননুংদা লৈয়োন চন্দুনা লৈগ্রে। মখোয়গী মমিং কাওবা কাউনগ্রে। অহুগুম্বা থোল্লম্বা য়ুক্ষম অতুগী মথক্তা রবীন্দ্রনাথকী প্রতিভা লৈশাং তম্লি, ওইথোক্তবা থৌদোক করিস্ু নত্তে। পূম্মকী মরম অমমম লৈ, নখোয়গী মরক্তা অসিগুম্বা রাখল্লোল চেনবা মাওরমগনি— ঐনা করিগুম্বা থরা তৌবা ওনগনি, ঐগী মতেংদগী কদিগুম্বা থরা ওইরবা য়াই ; নখোয়না মহুগী থম্ম-নৈনবা থাদোক্তবা ওইসম্ু, থরায়-তকচাং য়াওনা ইমালোলবু চাউখৎলকরবা হোৎনবা ওইসনু, মহু ওই-রবদি মীওইবা চাউখৎলক্কনি। ইংরেজী নত্রগা ফরাসী লোলদা রাখল থম্লবা য়াদে, ইংরেজীদা ইবা য়াই, অহুবু ইমালোলবু চাউখৎহল্লবদি রাখল্লোল মতম চুপ্পদা পিশক পিক্লা লৈগনি।

ঐদি রা ভাংবা হৈবা মীশক নত্তে ঐদি ভাষণ পীবা ওমদে, মহুগী লোলহুস্ল ঐগী লৈতে। পূক্লিংদা কাওরকপা অদুমক পাউদম্বনি। অদুগা কলেজগী থৌবুরেল প্রিন্সিপাল মহাশয়স্ম লেঙশিনবিরি, অদুগা ঐগী দাদা জলধর-দা মহাক্না অতিথি, অদুম ওইনমক হায়জরি— চহী মতাং অসিদা ঐগী য়েংবিদুনা অস্তক কুটবসি লেঙশিল্লুনা লৈবিরি ; অদুগা মরুপ-মপাং সাহিত্যকার খিবিকস্ু তীনবিরিবা ময়ামগী মকমদা তৌবিমল থওবা উচ্চরি। কলেজগী ছাত্র-ছাত্রীশিং পূম্মমক্তা ঐগী স্নেহ শ্রদ্ধা নুংশিবা কোঙদোকচরি। করিগুম্বা থরানগী তারিখ ৩১ অমুক হন্না লাকপা থোক্লবদি অমুক লাক্লুনা উনরখিগনি, মহু নত্রবদি নখোয়গী নকমদগী বিদায় লৌরবনি। ❋

---

❋ ৬২ শুবা মপোক নুমিত্তা (বঙ্গাব্দ ১০৪৪ গী থরানগী তারিখ ৩১) বিদ্যাসাগর কলেজদা শিনবা অভিনন্দন সভাদা শরৎচন্দ্রনা পীখিবা ভাষণনি।

# ভালমন্দ

—শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

অবিনাশ ঘোষালদু অমুক্তংসু চহী কয়াগা থবক তৌদুনা লৈরম্বা য়াবনি, অদুম ওইনমক মদু ওইখোকখিদে। হন্দকসু মাবু কান্দুম্বা কনানো জুনিয়র মুনসিফ অমন' সব-জজ ওইখ্রে হায়না পাউ লাকই। অতৈ অতোপ্পা কয়া অদুগী মতোংগুম হন্দকসু অবিনাশদু ভুমিন্না লৈরম্মী, শুপ্পগী খেন্নরিবদি মসিনি— হন্দক্তি মহাক ডাক্তরগী সার্টিফিকেট য়াওনা থবক্তগী পোত্থানবা দরখাস্ত মফম চানা য়ৌহনখ্রে। হায়জবদু শোয়দনা য়ারক্তনি হায়বা অসিগী মরমদা মহাক্না চিংনক্লবা লৈরমদে।

অবিনাশ মী ফবা, অচুম্ব বিচার লৈবা, মথৌদা মপুক্লিং চংবগী-দমক ময়াম্না মাবু শুংশিবি, ফজবা লোনচৎকীদমক থাগৎনৈ, অদুম ওইনমক লাইবক থিরিবা অসিনি! মসিগী মরুমদা লৈরিবা অরোনবা ইতিহাস অদুদি মী অয়াম্বনা খঙনদে। মদু তমজগে। মহাক্না থবক চংবা নৌরিবৈঙদা নোংমা য়াম্না নহা ওইরিবা ইংরেজ আই. সি. এস. অমা জিলাগী জজ ওইদুনা ওফিস ইন্সপেক্সন লাক্লম্মী। কম্বিসু লৈতবা রাকম অমদা মখোয় অনীগী মরক্তা মত তীন্নখিদে; মদুনা ভুংদা শাথীনা খৎননবগী মচাক ওইরকখি। হনগ্রগা জজ-সাহেবনা মহাক্কী থবক্তা অশোয়বা থিদুনা মতম খুদিংমক্তা মমিৎ লাওখোক্লুনা লৈখি, অদুবু অশোয়বা ফাবা অরায়বা নত্তে। অদুনা জজসাহেবকী মপুক্লিং করিগুম্বা মওংদসু লৈতাবা ফংখিদে। রায় ককথৎতুনা য়েংলুরবসু হাইকোর্টতা কাম্নবা ফংখিদে— মশামক ঈকাই কিরুক খুম্বা মতাংনা শরুক হেল্লি। ট্রান্সফারগী মতম ওইরক্লুনা অবিনাশ অতোপ্পা জিলাদা চৎখি, অদুবু উন্নবা ফাওবা উম্নরমদে।



বায়েং থম্মা

নোঙ্গকপা উৎপগী চৎনবীগী হীরমদা মহাক্না শাথীনা মরাল লংশিনখি। অদুগী মতুংদা চহী কয়া তৌগ্রে, রাকম অদু অভিনাশনদি কাউ-থোকপ্রে অদুবু মহাক্নদি কাউবা লৈখিদে! মদুমক্কী খুদম মতম খরগী মমাংদা থুংলখি। নহা অদু জজ ওইদুনা হাইকোর্টতা লাকই, মুনসিফনচিংববু হাৎপ-তুপ্পা ঙম্বা মীশক অমা ওইনা। অভিনাশতি সিনিয়র ওইরবা মীনি, খবক্তা অকবা মিংচৎসু মতিক চানা তানশিন-জরবনি, কম হাইগৎপগী লম্বীদা মপুংফানা অপনবা লৈত্রবনি, ইখঙ খঙহৌদন' উরে, মাবু কান্দুনা মখাগী মীনা সব-জজ ওইখিবা। অদুগা মতাংসিদদা লোইবা নত্তে, মদুগী মমাংদসু মথং মথং অতৈ মীশক অহুম অমসু মাবু কান্দুনা মথক্তা হাইগৎখি। মুংগী খঙদবা মখোয় অদুনদি হায়, মসিবু ওইখোকপা য়াব্রা? মসি গোভর্ন-মেন্টকী চাকরিনি! মদুদা অমুক অমুক চাউবা কম। মসিবু কাজিগী মতম্না? অদুবু অখঙবা মখোয় অদুনা হায়, অসিগুম্বা থৌদোসি মহৌশানি। অদুদা নত্তনা মসিদগী হেনবা থৌদৌ কয়াসু থোক্লিবনি। মরম অদুনা অবিনাশনা মসিদগী নাম্থোক্লবা উপায় লৈতে হায়বা মপুক্লিংদা খঙজরম্মী। মাগী আত্মসম্মান অমদি চাকরিগী হি অনীদা থোঙ থাদুনা রাংমা লানবা য়ারোই— অনী অসিগী মরক্তগী অমা খনগদবনি। মদুমক্তনি মহাক্না মশাগী থোঙদাকম মশানা লৌজখ্রিবসি।

ময়ুমদা অবিনাশকী মুপী আলোকলতা, আই. এ. ফেল ওইবা মচানুপা হিমাংশু অমসুং মচানুপী শাশ্বতী লৈ। মীনাই-মীশল মশীং য়াম্মী হায়বা তারবসু কাহেনবমক্তি নত্তে— অদুক য়াম্মী।

মুমিৎ অদুদা অবিনাশ কোর্টতগী মায়থোং মকালায়া হল্লকই। মহৌশাগুম মফি-মরোল হোংদোক্নুনা মমায়-মমিৎ তাথোক্লগা করিনে। খরা চাগদবগী কমথরগা হায়রকই, "মুংঙাইরে, অমুক কুইরবগী তুংদা মুক্তি কংলে মৌশমচা। সরকারগী ওইবা রারোল থুংলত্রবসু হাইকোর্টকী মরূপ অমগী মকমদগী ঙসি টেলিগ্রাম লাক্লে, ঐহাকী জেলখানাগী মিয়াদ লোইরে হায়বগী। থোইনা খিন্থররোই। খিন্থ-ররোই হায়বা ইশানা খঙই।" আলোকলতা খোইনা লাগুমা

চেয়ার অমদা কমতুনা কি লোল্লি, অমসুং মচানুপী শাখতীনা মপাগী নাক্তো কমতুনা মঙোন্দা হুমাই হুম্নি, রাহু তাবদা মখোয় অনীমক চত্তুরক্লে।

মাগী মুপীনা হংলকই, "হায়রিবহুবু করি রানো?"

অবিনাশনা হায়রকই, "নঙমু তারম্বা য়াই, গোবিন্দবাবু কৌবা কনানো অমনা হন্দকসু ঐবু কান্দুনা থা তরুক্কী ওইনা সব-জজ ওইখ্রে। হগসাহেবনা হাইকোর্টতা লাকপদগী হৌনা চহী অহুম অসিদা অসিগুম্বদা তৌই— রা অমতসু ঙাংলক্কবনি। মখোয়গী অরানবা খৌদৌ অহু মশানা নোংমদি ভাব তাক্করক্কনি খল্লম্বনি, অদুবু মহু ওইররোই হায়বা খঙলে. মরু ওইনা নুপাহু লৈরিবমখৈদি। অরানবা বিচার অসুক কুইবসি খাংলক্লবনি, অদুবু খাংবা অমুক ঙমদ্রে, মী অমা ওইবগী গুণ মাংলক্লগনি।"

ঙরাং নুংখিল সব-জজগী কাটরদা কোইথোকপা চৎলুবদা অসিগুম্বা রাকম অমা আলোকলতানা মচেক-ময়া ওইনা ইজিত ওই করিওই তারকখি, অদুবু মহুগী অর্থ খঙবা ঙমমদে। হৌজিকসু মুক্লা খঙবা ঙমদ্রি, অসুমদা হায়রকই, "থাংদোক-থাংজিন খরমখৈ তৌত্রবদি করিগুম্বা থবক অমতবু ওইরিব্রা? মীওইবগী গুণ মাংদনবা অহুগুম্বা করি তৌক্লরবগে তাসি?"

অবিনাশনা হায়রকই, "থাংদোক-থাংজিন তৌরুবা ঙমদে, অদুবু ঐগী অঙম্বহু তৌকক্লেদনা কমদৌনি।"

আলোকলতানা মপুরোইবগী মায়থাংদা লেংহুনসু হৌজিক কাওবা ভাব তাবা ঙমদ্রি, অদুবু নুংশাখিবদি পোক্লকই। হায়রকই, "মহু করিনে তাসি? করি তৌকক্লবগে হায়রু?"

অবিনাশনা হায়রকই, "মহুদি থবক থাদোকপশি— মহু থাদোক্লে।"

আলোকী মথুংতগী লোল্লিবহু নাম্বতুনা তাখে। বত্রমা পামবগী মঙৌতম ঙাইহাক চপা য়ুংনা লৈরুরগা হায়রকই, "হায়রিবহু করি

য়ানো ? অম্মুক য়াম্বা মীয়াম অসিবু পীজ-পীথক্লম্লনা চয়াহেলহন্দুনা হাংজনবা ঙিরেপ লৌরক্রা ? থবক থাদা থাদোকউ য়েংসি— ঐনা নহাকপু পন্দুনা রাশক্লুনা হায়রিবসিনি, ন্নুমিৎ অদুমক্কদা ঙক্না লৌরি থুদুনা শিগনি।"

অবিনাশ চপ য়ুংনা লৈরে, পাউথুম পীদে।

"দরখাস্ত করিগুম্বা থাগ্রবদি হায়ংমক উইথড্রো তৌগন্রা হায়য়ু ?"

"তৌরোই।"

"করিগী তৌয়ে'ইদৌরিবনো ? পূর্ব্বিং মুংজাইতবদগী ঙাইহাক্তী রাথল্লোন্দা লুপতুন, মী কয়ানা করি করিনো তৌই, মহুগী প্রতি-কার লৈত্রব্রা ?"

অবিনাশনা তপ্না তপ্না হায়রকই, "ঙাইহাক্তী ওইবা রাথল-লোন্দদি ঐ খুৎ থাদে মৌ-মচা। তৌক্লরিবসি মুম্না থল্ল-খোৎলগা তৌখিবনি।"

"উইথড্রো তৌররোইদ্রা ?"

"তৌরোই।"

"ঐ শিবমক মহু ওইরবদি নহাক্না পাম্লিব্রা ?"

"মহু পামদে হায়বা নঙ থঙলিবহুনি মৌ-মচা। অহুম ওইনমক য়ুম্মুরেনবী অমা ওইরগা করিগুম্বা নঙনা নপুরোইবগী ইচ্ছৎ মতৌ অহুম্না মাংহনগে হায়রবা অহুগা মীমাংদা ইমায়সে থাঙ্গৎহল্লরোই থল্লবা মহু ওইররদি—"

রাহু অবিনাশকী চিনবান্দা পন্দুনা লৈপ্লে— রা লোইশিন-খিদ্রে। আলোকলতানা হায়রকই, "অহু ওইরবদি— হায়য়ু ?"

পাউথুমদা অকনবা রা অমা অবিনাশকী চিনবান্দ য়ৌরকই, অহুবু হন্দকস্নু ঙাংথোকখিদ্রে। অথিংবা কংলে মচামুপীগী মকমদগী। ঙসায়মথৈ মহাক মনা-মনিল নাইদনা ভারম্লিবনি, অহুবু তুমিম্না অম্নুক লৈশিনবা ঙমদ্রে। হায়রকই, "নত্তে বাবা, হৌজিক ইমাগী থম্বনবগী শক্তি লৈত্রে, মঙোন্দা করিগুম্বা পাউথুম অমত্তা পীবিবা য়ারোই।"

মমাস্থ মচান্নুপীশী ইচংখৌবন্থু উবদা অহানবদা তুকক-তুকাই চনখ্রে, খংনবা মিংকুপ্তা থমকা তৌদুনা হায়রকই, "শাশ্বতী চংখ্রো চংলো মকম অসিদগী, হৌগংখ্রো চংলো হায়ম্বিবসিনি।"

মচান্নুপীনা হায়রকই, "করিগুম্ব হৌগংতুনা চংখিবা তারবদি বাবাবু পুদুনা চংখিগনি। নহাক্কী নাক্তা থনমদুনা চংলোই।"

"করিনো হায়রিবন্থু?"

"হায়রিবসিনি নহাক্কী নাক্তা মহাকপু মতোমদা থনমদুনা ঐ চংলোই। শুপচং চংলোই। চংলসি বাবা, ঐখোয় তুবেল মপান্দা অমুক্তা কোইথোকলুসি য়াচংবা মতুংদা ঐ নহাক্তা চাননবা করিনো হৌ-খোৎকে— হৌজিক চাবিরুরম্মু। হৌগংপিম্মো বাবা, চংলসি।" অসি হায়রগা মহাক্তা মপাগী মথুং পায়দুনা চিংখৎতুনা হৌগংহল্লে।

মখোয় তশেংনা চংখিগদৌরে হায়বা উবদা আলোক্তা মশাবু হাইকেৎ কাথজরগা হায়রকই, "ঙাইহাক্তা ঙাইবিখে। তশেংনা অমুক্তম্ব খম্থবিদত্রা, থবক তোক্লবদি নখোয়গী য়ুমসিগী অম্মুক য়াম্বা জীবশিং অসি করি চাগদগে?"

অবিনাশনা পাউথুম পীগদবগী তৌরকই, অদুবু হন্দকম্থু অথিংবা পীরক্লে মচান্নুপীশী মায়কৈদগী। মহাক্তা হায়রকই, "চানিংঙাই লৈ-রোই হায়বগী তশেংনমক নহাক থবায় রাংত্রা ইমা? অদুবু মদুম্মা থোকনি হায়বগী রাদি লৈতে। থবক তোক্লবম্থু বাবাদি পেন্সন কংগনি— মদু লুপা চাহুমদগী তারোই। য়ুমথংনরিবা সঞ্জীববাবু থাদা লুপা হুম্ফু খঙ্কং কংই, চারিবম্থু মখোয়গীদি মী মাপল-ভরানি। অম্মুক কুইবসি উমক্লবনি, চাব-থকপা মখোয়না ঐখোয়দগী হম্থদে হায়বা। মখোয়গীদি চংনবা য়ারগা ঐখোয়গী মী অহুম-মরীগী শেংপ-চাবা কোয়রোইদবা!"

মমানা অমুক তপথবা ঙম্রক্রে, কজদবা খোঙোপ অমা পল্লগা লাউরকই,— "চংখ্রো চংলো ঐগী ইমাংদগী। নঙনা য়ুম্বাল্লবা মতমদা নশাগী ইমুংদা নশানা অপাম্বা মঙংদা শিঙ্গক, অদুবু ঐগী ইমুংসিদা রা ঙাংলরবদি য়ুমদগী তাম্মোকনি।"

মচানুপীনা নোককেৎ তৌরগা হায়রকই, "ক্ষয়েনে ইমা, মতুম্না ভৌবিরো। বাবাগী খুৎ শমহুনা ঐ চচ্চগ্রগে, নহাক্না দাদাগনা বাবাগী পেন্সন লোইনবা লৌহুনা তৌনিংবা ভৌবিহৌরো, ঐখোয় কনাস্মু রা অমতা ঙাংজরোই। ঐ কদায়দনো মুপী-স্কুল অমদা ওজা ওইহুনা ঐগী অহল ওইরবা ইপাবু থাকপা ঙমগনি।"

মমানা রা মথা অমুক তারক্লে, উনা উনা মাগী মমিৎ অনীদগী মপী মতুম মতুম শিন্থরক্লে।

মচানুপীনা মপাগী খুত্তা অমুক্তং তাপ পায়শিল্লগা হায়রকই, "বাবা, সে চৎলসি। সন্ধ্যা ওইরক্কদৌরে।"

অবিনাশনা খোঙ থাংদোকপমক্তদা আলোকলতানা মকি ফিজিনা মপী তৈথোক্লগা পীনা ফুনগৎলবা খোন্থোক্তা হায়রকই, "অমুক্তা ঙাইহাক্তা লেপ্লিখো। অসিবু নহাক্কী ভিষ্মগী রাশক্লা? মসিদগী থৈদোক-থৈজিন য়ারয়োইদ্রা?"

অবিনাশনা মকোক নোমহুনা হায়রকই, "য়াররোই। লৈথোক-লৈশিন শুকয়া য়াররোই।"

"য়েংবিয়ু, ঐসে নহাক্কী মুপীনি, নহাক্কী অরা-মুংঙাইদা শরুক য়ারিবী—"

অবিনাশনা মরক থৎতুনা হায়রকই, "করিগুম্বা মহুনা অচুম্বা ওইরবদি ঐগী মুংঙাইবগী শরুক অমুক কুইবসি কংলক্লে, হন্দক্তি ঐগী অরাবদা শরুক য়াও।"

আলোকলতানা হায়রকই, "য়াগনি, অদুবু ইজ্জৎ-সম্মান পূমমক ঙাকপা অমুক য়াম্বা লুপা অসিনা কাওবা কোয়দে, করিম্মু লৈতবা পেন্সনগী শেলকম থরদং অহুনা কমদৌনা চৎনবা য়াগদগে?"

অবিনাশনা হায়রকই, "ইজ্জৎ-সম্মান হায়ববু করিগুম্বা অচৌ-অশাং শাববু ওইনা লৌরবদি চৎনবা য়ারোই হায়বা ঐ য়াই। মহুবু নত্রবদি সঞ্জীববাবুগীম্মু চৎনবা য়ারি।"

"অদুবু নহাক্কী নচানুপীসিদি? চহী তরামাপল-কুন হায়রবনি, মাবু কমদৌনা লুহোংবিগদগে?"

মচানুপীগী য়াকমন্থুগী কিশি থোক্লনবা শাশ্বতীনা হায়রকই, "ইমা, ঐগী লুহোংবগীদমক নহাক খনবিরুনু। করিগুম্বা তশেংনা খনবমক পায়বদি সঞ্জীরবাবুনা মতৌ কমদৌনা মাগী মচানিঙোল অনী লুহোং-বিখিবগে হায়রবন্থু খন্দুনা য়েংবিয়ু।"

পাউথুম অসি তাবদা মমাগী খাংবা ঙম্বগী পল নিংখায়খ্রে। হায়রকই, "শাশ্বতী, হাই ঈকাইখঙদবী, ঐগী ইমাংদগী হৌজিকমক য়ায়া থাপ্পা চৎখিজ্রিবা করিগীনো? চৎখ্রো চৎলো হায়রিবসিনি।"

"চৎলনি ইমা। চৎলসিদনা বাবা।"

থংনবা কাদা হিমাংশু কবিতা রচনা তৌবদা মপূক্লিং থিংজিল্লি। আই. এ. পরীক্ষাগী অহুমশুবা থৌরাং তৌগদবা খরা রাংলি। মাগী কবিতা 'বাতায়ন' চেকোঙদা হাপ্লি, অতৈ চেকোঙ অমতনা লৌবিদে। 'বাতায়ন'গী সম্পাদক্না মপূক্লিং থোগৎপিদুনা চিঠি ইরকই, 'হিমাংশু-বাবু, অদোমগী কবিতাসি অঙকপা ফংনা ফজে। মথংগী ওইননবা অমগা অমুক থাবিরকউ— খরা তেন্তক্না। অদুগা, মদুগা লোয়নননা শাশ্বতী দেবীনা ইবা অমা শুপশোয় শোয়দনা থাবিরক্কদবনি।' খঙদ, 'বাতায়ন'গী সম্পাদক্না শেংনা হায়রিব্রা। মদু নত্রগনা মাগী অতৈ অতোপ্প' পান্দম অমা লৈত্রা। শাশ্বতীনা মদু উবদা নোকই— হায়রকই, "চিঠি অসি মরুপ-মপাংশিংদা উৎলু-লাকউনু।"

"করিগীনো হায়য়ুদন?"

"নত্তে, চুম্না'ম্তুম হায়বনি। ইশা থাগৎলকপবু ইশানা কোইশন শন্দোকপা ফত্রা?"

কবিতা থাত্রিবৈগী মমাংদা মহাক্না মচলনুপীদা পাহনবগী মিংদা অশোয়-অঙাম পূম্নমক চুমথোকহল্লি।

চুমথোকপগী শক্না খরা হেন্না য়ায়বদি ঈকাইদুনা হায়, "নঙগী নতৌশুম ঐদি বাবাগী মকমদা সং ত ব্যাকরণ, কাব্য, সাহিত্য তম্মুদে, ঐগী দোষ করি লৈগদগে? অদুবু খঙজিন্নু শাশ্বতী, তশেং-বদি মসি করিস্নু নত্তে। থাদা লুপা তরা পীদুনা পণ্ডিত অমবু

পন্নাদি মাক হেক্তা ওইগনি। অদুবু কবিতাদা তশেংনা থরায় তাপ্লিবদি কল্পনা, আইডিয়া, মহুগী খুৎফোঙদোক ফজবদুননি। তৌরম অদুদদি নঙগী কলাপ ( সর্ববর্মানা ইবা সংস্কৃত ব্যাকরণ ) চিনক্য প্নরিবা বাবাগী মতিক ওইদে মহুগী মনাক নকউনবগী।"

"মহু অচানবনি দাদ।"

তিনাংশুগী কলপ মচিন্দা অঙ্কপ, ফংনা নিংথজনা চাশিল্লবা ঈকুং অমা পেনক্রে, অদুবু মমাগী অথাকপা পেঙ্ক্রেন্দা পূম্নমক অহু ইখঙ খঙহৌদনা শিংকৃপ শাক্রে। করুম থাদোক্লমদুনা নাকলগী পোঙ হাংদুনা মহাক না মাপদা চংশাকনমক্তদা মমানি লাউ-শাংকই. "নঙ খঙদ্রো তিনাংশু. এখোয়গী কয়, শাগীনা মাং-তাক্লবগে ? নখোয়গী বাবা থবন [illegible]ক্রে.— মহু নত্রবা মৌৎহবদি গুণ মাংগদৌরি. কবিগীদো ? [illegible] কানাইবতৌদো [illegible] ঙমঙ [illegible] [illegible]-[illegible] ঙাক মশাদি ওইবা ফংদ্রে। এদ [illegible] তাগাইবা [illegible] [illegible] [illegible] নত্তে। [illegible] [illegible] [illegible]।"

তিনাংশুনা [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]. "[illegible] [illegible] কবিনো ইম, [illegible] [illegible] ? [illegible] [illegible]!"

আবনাশকা মাথথোং তাইফেৎ কাক্রে, ময়ানা মচিনবান চেকশিন্দুনা চন যুনা লাক্রে। মমশিল্লক্লবা মাচংবগী রাওথাংনবা মতমদা মাগী মায়থোং পূম্বহু অশীবা ফংলব মথক্তই কবিনো মহুং অমা ওইনা উই।

শাথতীনা অঙাঙবীগী পাংথক থুইনা লাওরকই,— "উঃ— তাইবংপানসিদা চীন-জোনচৎকী ভূমধে কৈবনো বাবা ? নহাক চৎথ্রসি মফমসিদগী, মহু নত্রবদি এ ইকোক শুগাংহনা শিরগনি।" অসি তায়রগা ভঙ্খায় রাম্ভবগুম্নবা মপাবু মহাক্না নমদুনা চিংবোক-কাবরোই ইমুংদগী পুথোক্তুনা চৎখ্রে।

———

